ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯖꯒꯣꯏ ꯃꯍꯥꯔꯥꯁꯀꯤ ꯄꯨꯡꯂꯣꯟ

ꯑꯃꯁꯨꯡ

ꯅꯩꯟ—ꯀꯥꯡꯂꯣꯟ

# মণিপুরী জগোয় মহারাসকী পুঙলোন

## অমসুং

## নৈন-কাঙলোন




ইজবাঃ

মাইস্নাম গুরু কামিণীকুমার সিংহ

রিতায়ার্দ, প্রধান গুরু(প্রিন্সিপাল)

জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমী

ইম্ফাল.

# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯖꯒꯣꯏ ꯃꯍꯥꯔꯥꯁꯀꯤ ꯄꯨꯡꯂꯣꯟ

## ꯑꯃꯁꯨꯡ

## ꯅꯩꯟ-ꯀꯥꯂꯣꯟ

# মণিপুরী জগোয় মহারাসকী পুঙলোন

## অমস্থুং

## নৈন-ক


ইজবাঃ

**মাইস্নাম গুরু কামিণীকুমার সিংহ**

রিতায়ার্দ, প্রধান গুরু (প্রিন্সিপাল)

জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমী

ইম্ফাল

ফোঙজবাঃ অইবা মশামক



অহানবা ফোঙবাঃ তাং ২৬-৪-২০১০ ইং, কালেনগী ১৩ (তরাহুমদোই) নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ

মতম ঃ নুংথিল পুঙ ২ (অনি) তাবা




কোপী মশীংঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

মমলঃ লুপা ১৫০/- (চাম্মা য়াঙ্খৈ)

ফংফমঃ অইবা মশামক্তগী
সগোলবন্দ কাংঙবম লৈকায়।
ইম্ফাল (মোবাইল ৯৮৫৬১৫৫৪৩১)



নম্ফমঃ জি. কে. প্রিন্টর্স,
উরিপোক ওভর ব্রিজ মখোঙ, ইম্ফাল

# মণিপুরী জগোয় মহারাসকী পুঙলোন
# অমসুং
# নৈন-কাঙলোন

কৎচবা

১। মাইস্নাম গুরু ৺অমুবী সিংহ পদ্মশ্রী, সুপরভায়জর, জে.এন.এম.ডি. একাডেমী

২। হাওবম গুরু ৺অতোম্বা সিংহ, জে.এন.এম.ডি. একাডেমী
সংঙ্গীত নাটক একডেমী এৱার্ডি (নিয়ু দেল্লি)

৩। তখেনচংবম গুরু ৺অঞ্জা অমুদোল শর্ম্মা পদ্মশ্রী, জে.এন.এম.ডি. একাডেমী

৪। বাজকুমার গুরু ৺অকেস্না সিংহ (রাসধারি শ্রীশ্রী বিজয়গোবিন্দ)
রিতয়ার্দ: জে,এন,এম,ডি, একাডেমী, ইম্ফাল

৫। শোরোখাইবম গুরু ৺পাকা সিংহ, রিতয়ার্দ: পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ গুরু (রাস), জে.এন.এম.ডি. একাডেমী

৬। লৌরেম্বম গুরু ৺অমুযাইমা সিংহ
রিতয়ার্দ: জে,এন,এম,ডি, একাডেমী (বাস)

৭। খাইদেম গুরু ৺লোকেশ্বর সিংহ, জে.এন.এম.ডি. একাডেমী
সংঙ্গীত নাটক একাদেমী এৱার্ডি (নিয়ু দেল্লি)

৮। থিয়াম গুরু ৺তরুন কুমার সিংহ, জে.এন.এম.ডি. একাডেমী
সংঙ্গীত নাটক একাডেমী এৱার্ডি (নিয়ু দেল্লি)

৯। মুতুম গুরু ৺মধুমঙ্গোল সিংহ
(হিন্দুষ্টানি ক্লাসিকেল ঈশৈ)
সগোলবন্দ মাইস্নাম নোংথোম্বম লৈকায (মৈনো লৈরক)

১০। গুরুময়ুম ৺ইবোপিশক সিংহ, জে.এন.এম.ডি. একাডেমী
সংঙ্গীত নাটক একডেমী এৱার্ডি (নিয়ু দেল্লি)

- গুরুশিং অসিদগী তমজহৌবা, থেংনজহৌবা কয়াগী কৃপানা লাইরিক অসি ইজবনি। ননাইনা গুরুশিংগীদমক্তা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী চরন্দা কৎচরি।

ননাই
মাইস্নাম কামিণীকুমার সিংহ
সগোলবন্দ কাংঙবম লৈকায়
ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং



জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমী, ইম্ফালগী জগোয়গী ডিপ্লোমা অহুমশুবা চহিদা ''গুরুদেব'' মাইস্নাম ৺অমুবী সিংহ পদ্মশ্রীনা ছাপা তৌদুনা পুথোকপিরম্লবা ''মণিপুর জগোয়'' (রাস মথল মরিগী ঈশৈ) কৌবা লাইরিক্কী মনুংদগী মহারাসকী শরুকপু সেলেবস ওইনা তম্নরি।

মহারাস অসিদা য়েনবা পুঙলোন, শ্রীকৃষ্ণ বন্দনা জগোয় কম্পোজিসন্দগী সা, রে, গ, ম, নোটেসন, অমসুং নৈন-কাঙলোন, মরু ওইবা কয়া য়াওববা লাইরিক অমা পুথোরকপা অসিদা ঈপ্পাবু থাগৎপা ফোঙদোক্লি। মতম কয়া ঐনা জগোয় তম্বীখি। জে, এন, মণিপুর ডান্স একাডেমী অসিগী মহারাসকী ক্লাস পুমিন্নরকই। মহারাস অসিদা য়াওরিবা ঈশৈশিংগী পুঙলোন হেক হৌবদগী লোইবা ফাওবা নোটেসন তৌদুনা লাইরিক ওইনা ছাপা তৌরগা ফোঙদোরকপা অসি ছাত্র-ছাত্রী কয়াগী যাম্না কান্নবা লাইরিক অমদি ওইবগনি।

লাইরিক অসিদা যাওরিবা পুঙলোনগী নোটেসন, ঈশৈগী রাগ নোটেসন, শ্রীকৃষ্ণ বন্দনাগী নোটেসন, অমসুং নৈন-কাঙলোন্দা নৈনরিবা শকফম কয়া মপুঙ ফানা পুথোরকপা অসিদা ঈপ্পাবু থাগৎপা ফোংদোক্লি। মতুংদসু অসিগুম্বা কান্নরবা লাইরিক কয়া অমা পুথোবকপা ঙম্বা ওইশনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা নিজরি।

ইম্ফাল,
তাং ২৭।১১।২০০৯,ইং।
(১১.৩১)

লাইময়ুম থম্বালঙৌবী দেবী
রিতযার্দ, হেড ওফ ডিপার্মেন্ট (রাস)
জে, এন, মণিপুর ডান্স একাডেমী, ইম্ফাল
সঙ্গীত নাটক একাডেমী এৱার্ডি (নিয়ু দিল্লি)

# থাগৎ ৱাহৈ



ঐগী ঈপ্পা মাইস্নাম কামিনীকুমার সিংহ কাংঙবম লৈকাইদা লৈবা অসিনা পুথোরকপা, ''মণিপুরী জগোয় মহারাসগী পুঙলোন অমসুং নৈন-কাঙলোন'' হায়বা লাইরিক অমা ছাপা তৌদুনা পুথোরকপা অসি অসুক্কী মতিক নুঙাইজখ্রে। লাইরিক অসিদা যাওরিবা ঈশৈশিং অসিগী তান, পুঙলোন, শৈগোন্নবী চপচানা মাইস্নাম ওঝানা থম্বীরম্বা অমত্ত কায়দনা পুঙলোন নোটেসন, কৃষ্ণবন্দনাগী সা,রে,গ,ম, নোটেসন তৌদুনা লাইরিক ওইনা পুথোরকই, অসুক্কী মতিক নুঙাইখ্রে। থোইদোক হেন্দোক্লা লাইরিক অসিবু পাবা মীশিং, অমদি হিরম অসিদা থিজিনবিরক্লিবা ছাত্র-ছাত্রী নহারোন কয়াগী খরদং ওইরবসু লমজিং পিগদবা লাইরিক্লি হায়জনিংই।

ঈপ্পা অসিনা রাসধারি ওইদুনা রাস ফেষ্টিভেল ডান্স একাডেমীনা শিনবা, ডান্স একাডেমীগী মাণ্ডপ, কালকত্তাগী সোল লেক, ভাগ্যচন্দ্রা মহারাজনা নোঙ্গাখিবা যষ্ঞ তৌখিবা মফম, নবদ্বীপ, শ্রীবৃন্দবন্দ, শিলচর, কাছাড়গী মফম কয়াদা মহারাস মপুঙ ফানা কৎলুই, শান্নরুই। মহারাস অসিগী হৌবদগী লোইবা ফাওবা অমত্তা চিৎথদনা নোটেসন তৌরগা পুথোরকপা লাইরিক্লি।

লাইরিক অসি খুৎই ওইনা লৈরম্বদগী লেথোৎ নমদুনা পুথোরকপা চহি কয়াগী মমাংদগী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা পাযবা উই। হন্দক্তা লাইরিক অসি ছাপা তৌদুনা পুথোরকপা অসিদা অমুক হেন্না পেনখ্রে।

ঈপ্পাগীদমক, ঈচেনা ঈশ্বরদা মঙ্গল নিজরি।

ইম্ফাল,
তাং ২৯-১১-২০০৯

খুলেম ওংবী লৈপাকলোৎপী দেবী
ভিজিটিং গুরু রাস ডির্পরমেন্ট
জে, এন, মণিপুর ডান্স একাডেমী, ইম্ফাল
সংঙ্গীত নাটক একাডেমী এৱার্ডি(নিয়ু দেল্লি)

# ৱাহৈ খরদং



হান্নগী জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী প্রধান গুরু ওইবিরম্বা গুরু মাইস্নাম কামিনীকুমার সিংহনা ইবা ''মণিপুরী জগোয় মহারাসকী পুঙলোন অমসুং নৈন-কাঙলোন'' হায়বা অসি পাজরে। অসিগুম্না কান্নরবা, মমল যাম্নবা, অনৌবা মীৎয়েং কয়া য়াওবা লাইরিক অমা ইবিরকপগীদমক্তা গুরু কামিনীকুমারবু থাগৎফম থোকই । চহী কয়া জগোয় রাসকী ওঝা অমা ওইনা, মানা থেংনরকপা, নৈনরকপা, থিজিল্লকপা, খঙলকপা লৌশিংগী ফল ওইনা লাইরিক অসি ইরকপনি । মণিপুরী জগোয় রাসকী মরমদা নৈনরকপদা গুরু কামিনীকুমারগী লাইরিক অসি তঙাইফদনা নৈনদবা, পন্দবা, মশীং থাদবা য়াদ্রবা লাইরিক অমা ওইরে । মাগী মোত মীৎয়েঙ, ৱাখল অমসুং পুথোকলক্লিবা ৱাফম কয়া অসি যানীংবা য়াই নত্রগা যানিংদবসু য়াই। অদুবু মাগী ৱাফমশিং অসিদি মীরায়বদি যারোই । মসিনি লাইরিক অসিগী মগুন।

মণিপুরী জগোয় রাস পৃথিবীদা তাঙলবা জগোয় অমনি । ভারততা জাগোয় রাস কয়া লৈ। অদুবু, মণিপুরী জগোয় রাসকা অমত্তা মান্নদে। মরমদি মণিপুরী জগোয় রাসতি শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়গী টেক্স, ভাব, দর্শন অসি করি অমত্তা কায়দনা শন্নবা জগোয় রাসনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র অমসুং মতমদুগী খঙ হৈবা গুরু কয়ানা অঙকপা Creative sensibility অমগা লোয়ননা, কলি যুগকী মহাযজ্ঞগী মশক ওইনা, অথোযবা লাইনিং লম্বী অমা ওইনা, লান্নবগী মশক ওইনা, ধ্যানগী মওং ওইনা শেম্বিরম্বনি।

জগোয় রাসতি পানগী কুম্মৈ নত্তে, নুংগী ওইবা সাধানাগী মশক অমনি। য়াম্না spiritual অমসুং divine ওইবা মশক অমনি নিযম কয়ানা চেৎনা পুল্লবা শাস্ত্রীয় নৃত্য অমনি। মসিমুক ফজবা, ঈংবা, তপ্পা, থেঙবা, মকা ফোংদবা, লোন্না থুপ্পা ফোঙদোকপা জগোয় মালেমদা লৈতে হায়বা যাই।

মণিপুরী জগোয় রাসকী শাংলবা ইতিহাস অমসুং পরম্পরা লৈখ্রে । মসিগী মরমদা ইবা লাইরিক কয়াসু লৈখ্রে। জগোয় অসিদা লৈরিবা শাস্ত্রীয় ওইবা মশক অসিসু শাস্ত্রা কয়াদা Text, Treatise যুম্ফম ওইরগা শেমখিবনি হায়বদুসু নৈনখ্রে। হৌরকফম যুম্ফমগী মরমদা মৈতৈগী লাই হরাওবগী শাথেক -শাওং, মওং-মতৌ কয়াদগী শেমখিবনি হায়বা অসিসু অয়াম্বনা য়ানরবা ৱাফম অমনি। জগোয় অসি শেম্বা মতমদা মৈতৈগী থাযনগী পরম্পরা অমসুং গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম অনীগী ইচেল কয়া চঙখ্রে হায়বা অসিসু অচুম্বা ওইরে । অদুবু, Unique artistic creation জগোয় রাস অসিদি জাগায় রাসনি, মশা মতোমতা মপূং ফাজরবা পার্ফোমিং আর্টফোম অমনি। জগোয় রাস অসি শেম্নকপা মতমদা করি মচাক, মচল , মওং মতৌ, দর্শন চঙখিবগে হায়দুনা একাদেমিক ওইনা নৈনবা করিসু কায়দে। মসিদা লৈরিবা মচাকময়াম অসি মীৎযেং কয়াদগী নৈনবা য়াই । মসিদা তোখায় তোখায়না অর্থ কয়া হনবা য়াই । জগোয় রাসতা য়াওদবা মচাক, মরল মীৎয়েং যুম্ফম, দর্শন অমত্তা লৈতে হায়বা যাই মসি ওহোক্লা চাউখ্রবা মহা সমুদ্রগুম্বা পোৎশক অমনি। থায়নগী মৈতৈ লাইনিং অমসুং দর্শনগী মীয়েংদগীসু নৈনবা যাই। গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্মগী ভক্তি রসকী মীয়েংদগী নৈনবসু য়াই । হিন্দুগী শাস্ত্রগী মীৎয়েংদগীসু অদুম নৈনবা ওইথোকই । পূম্নমক অসিগী পাউখুম জগোয় রাসতা ফংগনি । অঙকপা জগোয় অমনি অদুনা জগোয় রাস শেম্বিরম্বা গুরু ওঝাশিং অদুবু ঐখোয়না ব্যবহার তৌফম থোকই । অদুনা জগোয় রাস অসিবু শেম্বিরম্বা লাই ওইখ্রবা গুরুশিং অদুদা শীংনবা চুমদে; মখোযদা থাজবা, নুংশিবা পোক্কদবনি।

মখোয়না শেম্বিরম্বদগী ঙসি জাগায় রাস অসি পৃথিবীদা ফাওরিবনি , অঙকপা কলাগী খূশেম অমা ওইরিবনি । ঐখোয়না হৌজিক অনৌবা জগোয় রাস অমা শেম্ব ঙমদে। জগোয় রাসতি য়াম্না symbolic mystical, spiritual ওইবা খূৎশেম অমনি । জগোয় রাসতি পাউখোং অরোন-অথূপ, নুংগী পোৎনা পীক থল্লি । অৱাংবা থাক্কি সাধনা য়াওদনা জগোয় রাস খঙবা ওইখোক্তে । মরম অসিননি অনৌ-অনৌবা অর্থ মীৎয়েং কয়া থোক্লক্লিবা ।

গুরু কমিনীকুমারনা জগোয় রাসকী পূংলোন খরা নোটেশন তৌদুনা পুথোক্লক্লিবা অসি য়াম্না থাগৎনীংঙাই ওই । মসিনা পূংলোনশিং অসি লেঙদবা উফম অমদা থম্বা ঙম্নবা উপায় অমনি । মসিগা লোয়ননা জগোয় রাসকী মরমদা নৈন-কাঙলোন হায়দুনা জগোয় রাস নৈনবগী থিওরি অমসু য়াওরি । মাগী মপূং ওইবা মীয়েংদি জগোয় রাস অসি লাই হৰাউবগী যুম্ফমদা নৈনবনি । মৈতৈগী অরিবা ধর্মগা গৌড়ীয় ধর্মগা ধর্ম অনি অসি যানশিন্নরগা শেমখিবনি হায়বসি মাগী অচেৎপা মোৎনি । মসিগা লোয়ননা নট সংকীর্তনগা রাস লীলাগা নৈনবা মরী অসিসু নীংথিজনা নৈনরি । নট সংকীর্তনগা রাসকা ভাবতা, দর্শন্দা অমত্তনি হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলি । লাইরিক অসিগী মরুওইবা মশক অমদি নট সংকীর্তন বিচার অসি মৈতৈগী লাইনিংগা চান্ননা পুশিল্লকপা অসিনি । লাইরিক অসি থিওরি অমসুং প্রাকটিকেল অনীমক্তা কান্নববা লাইরিক অমনি হায়না খনজে । জগোয় রাসপু মীৎয়েং কয়াদগী নৈনবা যাই । গুরু কামিনীকুমারগী মীৎয়েং অসি খনীংঙাই ওই অদুগা মখা তানা অমুক্কা থিজিনীংঙাইসু ওইরি ।

প্রো ঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল ।

জানুৱারী ১৪, ২০১০

# ৱাহৈ অমা-অনিদং



শ্রী মাইস্নাম কামিনীকুমার সিংহ রিতায়ার্দ প্রধান গুরু জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দার্ন্স একাদেমীনা ফোঙলিবা মণিপুর জগোয় (মহারাসকী পুঙলোন) অমসুং নৈন-কাঙলোন হায়বসি য়াম্না মরুওইবা লাইরিকনি । অমুক্কা হেন্না মমল য়ামলিবদি লাইরিক অসিনা মহারাসকী পুঙলোন নোটেশন তৌদুনা পুথোকপা অসিনি, লোয়ননা কৃষ্ণবন্দনাসু নোটেশন তৌদুনা হাপলি । গুরু কামিনীকুমার সিংহ মতম কুইনা ওঝা ওইদুনা মণিপুরী জগোয় ঈশৈবু মমুৎ তানা খঙলবা, লাই ওইখ্রবা ওঝা শ্রীমাইস্নাম অমুবী সিংহ, পদ্মশ্রীগী পরমপরা কুপ্পা তুং ইঞ্জবা মীশকনি । মরম অসিনা পুথোকলিবা লাইরিক অসি শোয়দনা মমল লৈগনি । লাইবক ফবদগী ঐনা দান্স একাদমিদা দিরেক্তর ওইজরিঙৈদা ওজা অসিবু নকশিন্না মশক খঙজখি । মহাক অসি য়াম্না মবুক-মপাউ ফবা, ঈং তপ্পা, ছাত্র-ছাত্রিশিংবু নিংথিনা লমজিংবা ঙম্বা, মহাক্কী বিদ্যাবু কুপ্পা মশক খঙবা, ওজা অমগী মগুণ চেনবা মীশকনি । তঙায়ফদনা ছাত্রশিংনা দরকার ওইবদগী ছাপা তৌদুনা ফোঙদোকপা নংদনা লাইরিক অসিগী কোপি কয়া লৌথোক্তুনা একাদমিদা তম্নদুনা লাকখিবনি । হৌজিক ওজা কামিনিকুমার থবক্তগী পোথারবা মতুংদা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপগী ৱাখল লাকপসি তশেংনা থাগৎনিংঙাইনি । মসিনা দান্স একাদেমীদা তম্রিবা ছাত্র-ছাত্রিশিংদদা নত্তনা জগোয়-ঈশৈগী মায়কৈদা চংশিল্লিবা মীশক পুম্নমক্তা কান্নবা পীগনি । হৌজিক্কী মতমদা মণিপুরী কলচরদা খ্বাইদগী দরকার ওইরিবসি হিরম কয়াদা ওজাশিংনা কান্নবা লাইরিক কয়া পুথোকপা অসিনি । মিৎযেং অসিদা য়েংলুরগা মীপুম খূদিংমক্কা লাইরিক অসিবু তরম্না ওকফম থোকই ।

তাং ১৪-০১-২০১০

লোংজম জযচন্দ্র

হান্নগী দিরেক্তর

জেঃএঃ মণিপুর দান্স একাদেমী, ইম্ফাল

# ৱাহৈ অমা-অনিদং



শ্রী মাইস্নাম কামিনীকুমার সিংহ ইপ্পা অসিনা ইবা লাইরিক ''মণিপুরী জগোয় মহারাজকী পুঙলোন অমসুং নৈন-কাঙলোন কৌবা লাইরিক অসি মাংজৌননা হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাদুনা য়েংজরে । লাইরিক অসিদা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একোদেমীগী জগোয় ডিপ্লোমা অহুমশুবগী মহারাস পুঙলোন মপুঙ ফানা য়াম্না মরিক চুম্না ইরে । কৃষ্ণ বন্দনা হায়না কৌবা জগোয়দুগী পুঙলোন অমদি ঈশৈগী নোটেসননচিংবা তৌদুনা য়াম্না কুপ্না ইবীরে । য়াম্না ফজনা মরিক চুম্না ইথোক্লবা পুঙলোনশিং অসিনা নৌনা তমখৎলক্লীবা মহৈরোয়শিংদা য়াম্না কান্নবা লাইরিক অমা ওইগনি নিংঙি । মরু ওইনা একাদেমীগী চৎনবী জগোয় রাসকী পরিং নিতি নিয়মদি ইপ্পা অসিদা মপুঙ ফানা য়াওরি । ঐখোয় অনীনা রাস অযাম্বা ক্লাস লৌমিন্নখিবা ঙাক্তনি, অদুনা ইপ্পাদা রাসকী ওইবা পরিংদা, পুঙলোন্দা যাম্না কুপ্পী অদুনা ইরিবা লাইরিক অসিদসু অদুমক মদুগী মমি চাওনা তাই । কৃষ্ণ বন্দনা জগোয়গী পুঙলোন, ঈশৈগী নোটেসন্নচিংবা উৎলিবা, পীরিবা অসিসু যাম্না কান্নবা, লেংলরোইদবা পোৎ অমগী মশক্লুম থম্বা ঙম্লগনি খল্লি । অমরোমদা ইপ্পাদি জগোয় খক্তা খঙবা, অমুবা নত্তনা হিন্দুস্থানি মুজিক্কী লমদসু কুপ্না খঙবা মীওইনি । অদুনা মতাঙ চানা ঈশৈগী অমদি রাগনচিংবগী সুর নোটেসন তৌথোক্তুনা ইবিরিবা অসিমক লৈবাক্কী মমল য়াম্নবা লন অমা ওইহৌরগনি । অরোইবা শরুক্তা য়াওরিবা ''নৈন-কাঙলোন'' অসিসু মণিপুর জগোয় রাসকী অচৌবা মায়ওন অমা ওইবকনবগী লমবেল অমা য়াৎলবরা খল্লি । ইচা ইনাও কয়ানা জগোয় রাসকী লমদা রিসার্স তৌরকপদা অচৌবা লমজিং অমা ওইবা ঙমগনি খল্লি । অরোইবদা লাইরিক অসি মপুঙ ফানা মায পাক্লা পুথোকপা ঙম্বা হায়বদো গোবীন্দনা পিবীবা ওইসনু । লাইরিক অসিদা নত্তনা তুংদসু অফবা লৈবাক্কী লন ওইরগদবা লাইরিক কয়া লেপতনা ইরগা পুথোকপীরকপা ওইবা ঙম্বীয়ু হায়না শ্রীরাধা গোবীন্দগী মফমদা হন্না হন্না ইপ্পাগীদমক নিজরি ।

নিজরিবী

তাং ০১-০২-২০১০

থৌরাণীশাবী দেবী পদ্মশ্রী

রিতায়ার্দ প্রধান গুরু জে, এন, এম, ডি,

একাদেমী, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং



মনিপুরি জগোয়গি, সংকিরতনগি, পূঙগি মরমদ ইব গুরুসিংগি লাইরিক খর লৈরবসূ মরাং কায়বদী ওইদে। খঙ-হৈরব গুরু কয়ান লাইরিক ওইন ফোঙবীরমদন থূপখিবসূ য়াওরি। মরম অদুন লম্ অসিদ কুইন তম্বীরক্লব, থিজিন্বীরিব ওজা, গুরুসিংন থেংনবিরকপ, উবিরকপসিংবু ইথোকপিরগ লাইরিক ওইন ফোঙব হায়বসী ঐখোয়গি তৌফদ্রব থৌদাংনী । ঐখোয়গি লাইরিক্কি পূক্কে চোল্লিবমখৈ খন্ন-নৈনব, থিজিন্বদ মতেং ওইগনী, মাঙলোমদ চঙসীন্বদ খূমাঙ চাওসীনগনী। অতোপ্প য়াম্ন মরু ওইরিব অমন, হৌজিক হৌজিক জৱাহরলাল নেহরু মনিপুর দান্স একাদমি, মনিপুর সরকারগি দান্স কোলেজ অমদী অতৈ লূপ কয়ান জগোয়বু তাকপী তম্বীরিব মহৈরোইসিংদ অচৌব মতেং ওইগনী । মখোয়দ লাইরিক ৱাৎপা, ফংদবগি খুদোংচাদব কয়া মায়োকনৈ । অৱাৎপা অসী মেনখৎপদ ওজা মাইস্নাম কামিনীকুমারগি লাইরিক মনিপুরী জগোয মহারাসকী পুঙলোন অমসুং নৈন-কাঙলোন অসী অঙাংসিংদ য়াম্ন কান্নরব লাইরিক অম ওইরগনী । হান্ননসু কোপি খর দুপ্লিকেতিং মেসিন্ন নমথোক্লগ দান্স একাদমিগি মহৈরোইসিংদ ফংহনখ্রে, মখোযগি সিলেবসত য়াওরি হায়বনিন মখোয়দদী মমল য়াম্নব লাইরিক অম ওইরে।

মহারাসকি পূঙলোনগী সরুক অসীন তমলিবশিং অমদি তম্বীরিবসিংগিদমক য়াম্ন কান্নব ওইরে । অদুগ লাইরিক্কি অনীসুব সরুক ওইন য়াওরিব নৈন-কাঙলোন অসীদী মহৈরোইদত নত্তন সংকিরতন অমদী রাসকি মরমদ খঙনীংব, পানীংব, মীওই খূদীংমকত সোয়দন কান্নগনী। মরমদী ঐখোয়গি রাস অমদী সংকিরতন অসী মপূঙ ওইন লাই-হরাউবগি য়ূমফমদ সাগৎলকপনী অতৈ-থাঙদগি, থেংগৌদগি, সা-উচেক্কি ফজব মওঙ-মতৌ কয়াদগিসু লৌরগ জগোয়দ, চোলোমদ হাপচিন্দুন ঙসিগি রাস অমদী সংকিরতন সাগৎখিবনী হায়বসী অখঙ-অহৈ পূম্নমক্ন য়ানরব ৱাফমনী। অতৈ ফোক দান্সসিংগ লাই হরাওবগসূ খেন্নৈ। ভারতকি ওইনসু মনিপুরগি ওইন য়েংলবসু । অতৈ ফোক দান্সত্রন খূৎসা অসী মপূম মপূম ওইন চম্ন, তিংন সাই । লাই হরাউবদন খূৎ-মচাসিং, খূজেঙ নৌন লৈদুন,থেকতূন সাই । মরম অসিন মনিপুরি ক্লাসিকেল দান্সকি একসপোনেন্ত অমন লাই হরাউবসী সেমি-ক্লসিকেল দান্স মখল অমনী হাযরিবদু মরম চায়। মান্দপ সাব, মন্দলি সাব, পালা-পূঙ য়ৈবন রাগ হৌবদ লেপলিব মওঙ রাসত গোপিসিংন লেপলিব মওঙ কয়াবু মচা খায়ন নৈনবীরি। হৌরকফমগি ৱাংঙুরোন অসীন হেন্ন মপূঙ ফাহল্লী। গৌর ধরম লৌরব তুংদ ঐখোন লাইনীং-লাইসোন্দ রাধা-কৃস্নগি ৱারীন সিনজিল্লকখ্রবসু সৈহেক সৈদা পূঙলোনদী হান্নগি য়ূমফমদনী। অদুনবু মনিপুরগি সংকিরতন, মনিপুরগি রাসন মালেমদা তোঙান্ন চোংথোকতূন লৈবনী। ক্লাসিকেলগী থাক য়ৌরক্লব হোৎনবদ ভকতি রসত য়ূমফম ওইরগ হেন্ন থোৎন নৌন মথং মথং রিফাইন তৌরব তুংদ হৌজিক্কি ফজরব মসক অসী লৌরকপনী। কৎথোকপ, চঙজবদ য়ূমফম ওইবা ৱারীদ সাগৎপন হেন্ন মতীঙ থোকহল্লী য়েংবগী পেন্নাইহন্দে । অসিগুম্ব নুংগি ৱারোল য়াওনা ফোঙবীবসী তসেংন নুংঙাইজৈ । ঐখোয়গি পুৱারীগি লীক্লমদা সনামহীগ থানদে কৃস্ন সোল্লবসু মতুংদ সনামহীগ থানব তৌদে । মসীগি মমি ঐখোয়গি পোৎথোকত তাব হায়বসী মসান তাজব ৱাফমনী।

ফোঙনরিব লাইরিক ময়াম অসিদগি ফজব মচং মখৈ খোমজিল্লগ ইংরাজিদ হন্দোক্লগ ফোঙবগি মতম থেঙমল্লবনী । মালেমদ সক তাক্লব হোৎনরকপদ ঐখোয়গি ত্রানস্লেসন লিতরেচর সোৎথরি । মসীসূ কনখৎহন্ব তঙাইফদে ।

ওজা কামিনীকুমারগি হোৎনজমল সোয়দন মহয় য়ানগনী । অৱাৎপা ময়াম অসিদ খরত ওইরবসূ মেনসিন্বীরকপগিদমক ওজাবু থাগৎচরি । ওজাবু লমজিংবীখিব গুরু ময়াম্নসূ সোয়দন হরাওজগনী, সেবোক ময়ামদী হায়নীঙাই লৈতন নুংঙাইজরনী । মায় পাকপ ওইবীয়ু ।

দিলিপ ময়েংবম
ডাইরেক্তর
জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদমি,
ইম্ফাল

ইম্ফাল ০৩-০২-২০১০

# ৱাহৈ খরদং



জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমী ইম্ফালগী সুপরভাইজর ওইবিরম্বা গুরু দেব নাম ওইনা পঞ্জরবদা মাইস্নাম গুরু ৺অমুবী সিংহ পদ্মশ্রীনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপিরম্নবা ''মণিপুর রাস'' লাইরিকপু ডিপ্লোমা অহুম শুবা চহিদা সেলেবস ওইনা লৌখৎতুনা তম্বরি।

ক্লাসতা চৎনরিবা মওং অসিগী য়েংজরগা, গুরুদেববু খুরুমজদুনা মশু ওইবা ঐহাক্না মহারাসকী পুঙলোন খরদং ছাত্র-ছাত্রীশিংগীদমক্তা মতেং ওইনবা লেখোৎ নমদুনা পুথোক্লম্মী। খূৎই লাইরিক ওইনা লৈবদগী, ছাত্র ছাত্রী অমসুং ষ্টুদেন্তস য়ুনিয়নগী প্রসিডেন্ট, শ্রীইবোমচানা একাডেমীগী দিরেক্তরদা কন্না হোৎনজদুনা লাইরিক অসিবু লেখোৎ উংদুনা অনীশুবা খুৎনম ওইনা অমুক পুথোকপিম্মবনি। কোপী মশীংসি য়ামদবা চহী-চহীগী ছাত্র-ছাত্রীনদি য়াম্লকপনা লাইরিক অসি কোন্নবা ঙমদবদগী অমুক হন্না লেখোৎ উংদুনা অহুমলক শুবা ওইনা পুথোকচবনি।

লাইরিক অসি পুথোকপদা দিরেক্তর ইকায় খুম্নজরিবা শ্রীখুমন্থেম প্রকাশ সিংহ অমদি লোংজম জয়চন্দ্রসিংহ অনীনা দিরেক্তর ওইরিঙৈদা অচঙবা চে পূম্বা ওফিসতগী পুথোকপী অমসুং একাডেমী অসিগী প্রধান গুরু ওইবিরম্বা শ্রী সৌগাইজম গুরু থাণিন সিংহনা লাইরিক অসি কোপী মশীং ১০০ (চামা) লেখোৎতা পুথোক্লবা হোৎনবিখি। মসিগীদমক মতমদুগী দিরেক্তর অমসুং প্রধান গুরু অহুম্থু ঙমখৈ লৈতনা তৌবিমন খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসি চহী ১৬ (তরাতরুক্কী) মতুং শক ২০০৯ দা ছাপা তৌদুনা পুথোকচনবা হোৎনজরি। পুঙলোনগী নোটেশন তৌজবদা লাই ওইবিখ্রবা নাম ওইনা পঞ্জরবদা,

১। শ্রী মাইস্নাম গুরু ৺অমুবী সিংহ পদ্মশ্রী

২। রাজকুমার গুরু ৺অকেস্না সিংহ

গুরু অনীগী খৌজান্দগী মহারাসকী পুঙলোন অসি নোটেশন তৌদুনা পুথোকচবা ঙমজবনি। গুরু অনীগী খুয়া খাদা চঙজরি। লোয়ননা শ্রী মাইস্নাম গুরু ৺অমুবী সিংহ পদ্মশ্রী ইবুঙ্গোনা থম্বীরম্বা ''কৃষ্ণ বন্দনাসু'' সা, রে ,গ, ম, নোটেশন তৌদুনা লাইরিক ফোঙবদা হাপচিনজরে। লোয়ননা ছাত্র-ছাত্রী কয়াগী খঙজিনবদা কান্নরগদবা নৈন-কাঙলোন খরসু লাইরিক অসিদা নৈনজরি । নৈনজরিবা হিরম্না অরি-অনৌ পূস্নিন্দুনা মণিপুরী রাস জগোয় শেমখিবগী মরমদা মপূঙ ওইনা নৈনজবনি । শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০ শুবা স্কন্ধ, শ্রীরাসপঞ্চাধ্যায়গী ২৯ দগী ৩৩ ফাওবগী মরমদা নৈনজবা নৎচদে । অরোয়বা ওইনা লাইরিক অসিগী বনান কয়া ওঝা ইবুঙো নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা য়েংশিনবীবগীদমক ওঝা ইবুঙোবু ঙমখৈ লৈতনা লমন তোনসিনজরে। লোয়ননা জি.কে প্রিন্টর্রসনা অৱা-অনা কয়াবু থদোকপিদুনা লাইরিক অসিবু নম্বীবগীদমক্তা লমন তোনসিনজরে ।

লাইরিক অসি পুথোকচবদা অরান অহুই কয়া যাওরবসু তাকপিরক্লবা খুরুমজরি।

ইজরিবা

মাইস্নাম গুরু কামিনীকুমার

রিতায়ার্দ প্রধান গুরু জে,এন, মণিপুর ডান্স একাদেমী, ইম্ফাল

## পুঙলোন ইবা অমসুং সা,রে,গ,ম, ঈশৈ নোটেশন ইবদা শিজিন্নজবা খুদমশিং

১। পুঙলোনগী তাল্থা হাইদোকপা খুদম পীবদা অরিবা কোবেক্তা অয়ুংবা চৈথে শিজিন্নবিরম্মী অদুগী পান্দমদা খুদম পীবা মতমদা অয়ুংবা চৈথে, লৈই অসি শীজিন্নজে ।

খুদম: তাঞ্চপ মাত্রা ৮ তাল্থা ১ হায়দোকপা ১



অদুগা পুঙলোন নোটেশন তৌরকপা মতমদা অফৈবা লৈই অসি পুঙলোনগী অরাও-অখু, ইরকপা মতমদা খুদোংচাবা ফজবা হেনবনা অফৈবা ওহোক্তুনা শীজিন্নজে

খুদম:



২। তানগী খুদম সোম (য়েৎ) ''+'' তিনশিনবা খুদম অসি শীজিন্নে। মসিবু ''তানকোক'' হায়না খঙনৈ।

৩। তানগী মনুংদা ''০'' শুন্য অসি হাইদোকপগী খুদম ওইনা শিজিনৈ। মসিবু হাইদোকপা, (ফাক) নত্রগা ''খালি'' হায়নসু খঙনৈ। মীতৈলোন্দা ''ওয়'' হায়ন খঙনৈ।

৪। মাত্রা তঙ্খায় ।½ হান হাফ অচোংবা ওইনা শিজিনৈ।

খুদম:-''ঃ'' বিসর্গ অসি পুঙলোন অদুগী মমাংদা লৈরম্লবদি অচোংবা ''আড়ী'' ওইগনি। মাত্রা অমগী তঙ্খায়নি।

খুদম:- ঃ তেন ।½ ( ½ ) তঙ্খায়নি।

৫। তান অমমমবু খঙনবা চৈথনগী খুদম ''।'' তুক খায়বা হায়নসু খঙনৈ। লৈই অসি খর শংলপ লৈগনি।

৬। পুঙলোন অমগী তাল্থগী মনুঙদা কায়ফদ্রবা নুংগী তাঞ্চত হায়বা অমা লৈ। য়েৎ, ওই, কাইহন্দনা নুংদা চৎপা তাঞ্চতনি ''।'' লৈই অমগী মথক্তা ''˙'' বিন্দু অসি লৈরম্লবনি নুংগী তাঞ্চতনি হায়না খঙবিগনি। মসিগী খুদম অসিবু ''।'' ঈলিক হায়না থোঞ্জরে। তানচৎ কায়দনবা Bond তৌদুনা লেংহন্দনা নুংগী তাল্থাগী থোঙচৎনি হায়না খঙনগনি।

৭। পুঙলোন নত্রগা ঈশৈগী মথক্তা ''*'' থৌৱাইমিচাক (Star) অসি লৈরম্লবদি পুঙলোনগী খায়ফম, হুনফম, ঈশৈগীসু খায়ফম, হুনফম, লৌফম ঈঙ্গিৎনচিংবা খঙনগনি।

৮। পুঙলেনগী মতুংদা ''ঃ'' বিসর্গ অসি লৈরবদি চোংশিনবা (য়াঙশিনবা) খঙনগনি।

খুদম :- গীন্ন গ্র ধেঃ মাত্রা অহুম্নি ''ধেঃ'' মামাং য়াঙশিন্না হায়গনি।

৯। সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি সা́ শুধ শ্বর আরোহ (ৱাংখৎখিবা)

সং, নি, ধ, প, ম, গ, রে সা শুধ শ্বর অবরোহ (হাইথরকপা)

ময়েক্কী মতক্তা "•" বিন্দু অসি লৈরম্লবদি অৱাঙবা "শুর" বু খঙনগনি।

খূদম :- সং, রেং, গং অসিনচিংবা।

১০। ময়েক্কী মখাদা "•" বিন্দু অসি লৈরম্লবদি অনেম্বা "শুর" বু খঙনগনি।

খূদম :- নি়, ধ়, প়, অসিনচিংবা।

১১। শুধ শ্বর ৭ কী মনুঙদা শ্বর ৫ দি বিকৃত শ্বর লেঙথোক-লেঙশিন তৌদুনা থোকপা শ্বরবু বিকৃত শ্বর কৌই।

খূদম :- রে, গ, র্ম, ধ নি মসিবু কমল শ্বর কৌই। কমল শ্বর ৪ নি। রে, গ, ধ, নি মশাগী ওইবা শ্বরদগী নেমথনা থোকই।

অদুগা "র্ম," না মশাগী ওইবা শ্বরদগী ৱাংখৎনা থোকই। মসিবু "তিব্র" কৌই। "কড়ি মধ্যম" হায়নসু খঙনৈ।

খূদমশিং অসি নোটেশন্দা লৈরম্লবদি মথক্তা পঞ্জরিবা নিয়ম অসিগী মতুং ইন্ন শক্কনি।

১২। নোটেশনগী মনুঙদা ময়েক অনী নত্রগা অনীদগী হেনবা ময়েক্কী মখাদা "—" কোনখৎপা খূদম অসি লৈরম্লবদি মাত্রা অমগী মনুঙদা ঈশৈগী শুর নত্রগা পুঙগী খোম্লোক লৈ খঙবিগনি।

অদুগা মথক্তা লৈরম্লগসু "শুর" অদু লৈরম্লিব নোট সা, রে, গ, অদুগী মতুং ইন্না ঈশৈ ময়েক্কা শুর চৎখিনবা "⌒" কোম্বা ময়েক্কী খুদম অসিন খঙনগনি।

# হীরম-লমায়

## মহারাসকী পুঙলোন



## মহারাসকী পুঙলোন লোইজরে।

রাসধারিনা পুঙগী রাগ মচা ''নুৱা'' হৌগনি।
সূত্রাধারিনা মণ্ডিলা তান থাগনি।
মাত্রা ৮ তাম্বা ১ হাইদোকপা ১ |
খূদম:- + o
| | | | | | | | |

রাগ মচা অসি ওঝা প্রেমান্দনা পুথোকপিখিবনি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা গোবিন্দদা কৎচখি।

| + | | | | 0 | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| – | – | – | খ্রখ্র | তেন | তা | থেন | – | |
| ধিন | – | – | খ্রখ্র | তেন | তা | তেন | – | |
| টাক্ | – | – | খ্রখ্র | তেন | তা | থেন | – | \|মশিং লৈতে\| |
| | | খ্র | খ্র | তেন | তা | থেন | – | |
| ধিন | – | খ্র | খ্র | তেন | তা | তেন | – | |
| টাক্ | – | খ্র | খ্র | তেন | তা | তেন | – | |

অথুবা লয় (দ্রুত) তা, মাত্রা ৪ দা মণ্ডিলা থাগনি।

| + | | 0 | |
|---|---|---|---|
| ধিন | – | খ্র | খ্র |
| তেন | তা | থেন | – |
| ধিন | – | খ্র | খ্র |
| তেন | তা | থেন | – |
| ধিন | – | তাং | – |
| খিৎ | – | তাং | খিৎ |
| তৎ | তা | খিৎ | তাং |
| খিৎ | তৎ | তা | খিৎ |
| তাং | – | গীন্ন | গ্র |
| ঘীন | তৎ | ত | ঘীন |
| তৎ | তা | ঘীন | তা |
| থেন | – | – | – |
| ধিন | – | – | – |
| তেন | – | – | – |
| টাক্ | – | – | – |
| তাং।। | | | |

**য়েংশিনবিগদবা**— রাগ মচা ''নুৱা'' অসিগী তান লয়চৎ অসি গুরুশিংনা ''চেগাই কুপ'' হায়বা তানদা লৈবনি হায়বিরম্মী।

সূত্রধারিনা রাগ ''কানড়'' হৌগনি।

তান য়াওরোই ছাড়াদ শক্কনি।

রাগ অসিদা চংবা সা, রে, গ, ম, ময়েকশিং

সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, হায়রিবা ময়েক তরেৎ শুধ শ্বর অসি নট সংকীর্ত্তনগী চৎনবিগী মতুংইন্না চংই।

কানড় রাগ নোটেশন।

| | | | | | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘর– | সা | – | – | – | সা | রে | ধ় | সা | – | – | – | – | ম | – | প | – | |
| | তা | – | – | – | রি | ত | ন | তা | – | – | – | – | ন | – | অ | – | |
| | – | – | – | – | ম | প | ম | প | – | – | – | – | প | ম | ম | রে | |
| | – | – | – | – | – | – | – | – | – | – | – | – | রি | – | রি | – | |
| | ম | রে | রে | – | – | – | রে | সা | – | সা | – | গ | স | – | – | – | |
| | রি | – | – | – | – | – | রি | – | – | না | – | ত | না | – | – | – | ‖ |
| পঞ্চম– | সা̇ | – | – | – | সা̇ | সা̇ | সা̇ | সা̇ | সা̇ | ধ | সা̇ | সা̇ | – | – | – | – | |
| | তা | – | – | – | রি | ত | ন | ত | ন | – | – | – | – | – | – | – | |
| | সা̇ | – | সা̇ | – | – | ধ | – | ধ | নি | – | ধ | নি | ধ | – | প | ধ | |
| | রি | – | – | – | – | রি | – | – | – | – | রি | – | – | – | রি | – | |
| | ম | প | – | – | ম | প | – | – | ম | রে | রে | রে | সা | রে | সা | – | |
| | – | – | – | – | রি | – | – | – | রি | রি | রি | রি | – | – | – | – | |
| দীর্ঘ– | ধা | – | – | – | ধ | ধ | ধ | ধ | প | ধ | ধপ | প | ধ | প | – | – | |
| | তা | – | – | – | রি | ত | ন | ত | না | – | রি | – | – | – | – | – | |
| | মপ | – | – | – | পা | – | – | – | সা̇ | সা̇ | ধ | সা̇ | সা̇ | সা̇ | সা | সা̇ | |
| | রি | – | – | – | ত | – | – | – | রি | ত | ন | ত | না | – | – | – | |
| | রে̇ | – | – | – | সা̇ | – | – | – | রে̇ | সা̇ | সা̇ | – | – | – | – | – | |
| | – | – | – | – | – | – | – | – | রি | রি | রি | – | – | – | – | – | |
| | – | ম̇ | রে̇ | ম̇ | প̇ | ম̇ | প̇ | – | – | – | – | – | ম̇ | – | – | – | |
| | – | রি | – | ত | ন | – | – | – | – | – | – | – | – | – | – | – | |

| | | | | | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ম̇ | রে̇ | – | – | সা̇ | – | – | – | সা̇ | সা̇ | সা̇ | সা̇ | – | – | – | – | | |
| রি | – | – | – | – | – | – | – | রি | – | – | – | – | – | – | – | | |
| সা̇ | সা̇ | ধ | সা̇ | সা̇ | সা̇ | সা̇ | সা̇ | রে̇ | – | – | – | সা̇ | – | – | – | | |
| রি | ত | ন | ত | ন | – | – | – | অং | – | – | – | অ | – | – | – | | |
| রে̇ | সা̇ | সা̇ | – | – | – | – | – | | | | | | | | | | |
| রি | রি | রি | – | – | – | – | – | ‖ | | | | | | | | | |

**য়েংশিনবিগদবা:-** পঞ্চম হজ্জিদুনা শক্লগা ঘর, দা অমুক হজ্জিদুনা লোইগনি। রাগ অসিগী বাহন শ্লোক (শাদোং) শক্কনি।

### বাহন শ্লোক

অশোক বৃক্ষস্য তলে নির্ষন্না বিয়োগিনী বাষ্প কুলাক্ষি তাক্ষি।
নির্ভুষনাঙ্গী যতিলেব বেশ সা কানড়গা হেমল তৈব তঙ্গী ॥০॥

রাগ-গী ঘর হজ্জিনগনি।

বাহন শ্লোক অর্থ— অশোক পাম্বী মখোঙদা কায়না মৈহুম
লাংলিবী মীস্না তরঙ ঈহৌবী থরায় হামচৎনরবী সনাগী
উরীগুম খ্বাঙজেংবী ফিজেৎ লৈতেং ব্লাৎলবী
শমজি-শম্বুল কায়রবী কনাড় কৌবী শকহেনবী।

মৈতৈ জগোয় (১৩) শুবা বাহন অর্থ অসি ইমাবোক ৺ক্ষেত্রিতোম্বী দেবীদগীনি।

## সুত্র গীত, বৃন্দাবন বর্নন

বঙ্গলা ঈশৈ: অপরুপ শ্রীবৃন্দাবন শোভাগী ছন্দনি।

ঈশৈ:- লাইবক ফবী শ্রীবৃন্দাবন

পুঙলোন:- চালি মাত্রা ৮ তাম্বা ৩, হাইদোকপা ১

খূদম:- + ০ ২ ৩

| | | | | | | | | | | |

ঈশৈ:- শ্রীবৃন্দাবন হায়বা ঈশৈ মকোক অসি হেক হঞ্জিনবা লোইবগা পুঙলোন তেহায় অমা য়ৈগনি।

### তেহায়

শ্রীবৃন্দাবন* (হায়বা লোইবগা হুনগনি)

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তত্ততত্ত | খিত্ততখিৎ | ধৎধেন | তত্ততত্ত | খিত্ততখিৎ | ধৎধেন | তত্ততত্ত | খিৎত্ততখিৎ |

### তানবুং তাগনি

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | তেন | – | তত্ত | তখিৎ | তাধেন | তাগীন | ধেন্তা |

ঈশৈ:- পুক্লিং হুরে বৃন্দাবন নিংখিজরে।। হায়বা অসিদা থাদোক্কনি।

### অথাবা পুঙলোন

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | তত্ত | খিত্ত | ধিন | তত্ত | খিত্ত | ধিন | ত্রথ্র |
| তখিৎ | তাং | তত্ত | খিত্ত | তগীন | ধেন | গীন্নাৎ | – |
| ধেন।। | | | | | | | |

সংস্কৃত:- শ্রীবাদরায়নিরুবাচ গী ছন্দনি।

সুত্র:- শ্রীশুকদেবনা হায়খি:-

ভগবানসু শরৎ ঋতু ওইরদুনা ... নিংখরে রাস শান্নগে হায়না*।।

## কৃষ্ণ অভিসার

সংস্কৃত:- দৃষ্ট্বা কুমুদ্বন্তমখন্ড মণ্ডলং গী ছন্দনি।

ঈশৈ:- বনগী মাইকৈ তমদুনা ...।

তান:- মেন তাঞ্চপ, মাত্র ১৪, তাহা ২, হায়দোকপা ২,

খূদম:-

| + | | | | ২ | | | ০ | | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| । | । | । | । | । | । | । | । | । | । | । | । | । | । |

## পুঙলোন ঈঙ্গিৎ

| + | | | | ২ | | | ০ | | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| থেন | খিৎ | টাক | খিৎ | থেন | খিৎ | – | গীন্ন | গর | ধেন | – | তৎ | তৎ | – |

তানবুং তারগনি। ঈশৈ, বনগী মাইকৈ তমদুনা ...।

| + | | | | ২ | | | ০ | | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খিৎ | – | তেন | – | ধিন | – | – | গীন্ন | গর | ধেন | – | ত | ঘীন | – |
| ধিন | – | তেন | – | ধিন | – | – | গীন | তৎ | তেন | – | টাক | – | – |

পুঙলোন অসি ঈশৈ মকোক হঞ্জিলক্লগা ''*তমদুনা'' হায়বা অসিদা অমুমুক খায়দোক্লনি।

## অখায়বা

| + | | | | ২ | | | ০ | | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| থেন | খিৎ | টাক | খিৎ | থেন | খিৎ | – | গীন্ন | গর | ধেন | – | তৎ | তৎ | – |

## তাঞ্চপ অকূংবা

| + | | | | ০ | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | – | ধেন | – | খিৎ | – | তা | – |
| টাক | – | – | – | – | – | – | – |

## পুঙলোন জগোয়

একতান, একফাক।

| | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | + | | | | ০ | | | | | |
| ‖ | ধন | তৎ | তৎ | তা | খিৎ | তা | তা | খিৎ | | |
| | তাং | – | – | – | ধন | – | ধন | – | | |
| | তৎ | তৎ | তৎ | তা | খিৎ | তা | তা | খিৎ | | |
| | তাং | – | – | – | – | – | – | – | ‖২রক হনগনি। | |
| | তা | – | তা | – | – | – | ধেন | তা | | |
| | তা | – | খিৎ | তা | তেন | – | তাং | – | | |
| | – | – | – | – | – | – | – | – | | |
| | – | – | – | – | তা | – | থেন | – | | |

সূত্রাধারিনা মেনকুপকী লোইচৎতা একতান, একফাক্তা তান থানৈ। দুই তানদা তান থান্নদে, অদুগী মতুং ইন্না মেনকুপতা ইবনি।

মেনকুপ -

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| + | | | ০ | | |
| ধিন | ত্র | গ্র | ধিন | তাং | – |
| খিৎ | ত্র | খ্র | তা | থেন | – |
| ধিন | ত্র | গ্র | ধিন | তাং | – |
| – | – | – | তা | থেন | – |
| ধিন | ত্র | গ্র | ধিন | তাং | – |
| খিৎ | ত্র | খ্র | তা | থেন | – |
| ধিন | – | ধেন | খিৎ | তা | – |
| টাক্ | – | – | – | – | – |

দ্রুত তাঞ্চপ অকুংবা - ক্লাসতা চৎনবা একতান, একফাক

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | + | | | | ০ | | | | |
| ‖ | ধন | তেন | – | ঘিন | টাক | – | ধেন | – | |
| | টাক্ | – | ধেন | – | – | – | ঘিন | – | |
| | তা | তেন | – | তা | খিৎ | তা | তেন | তা | |
| | টাক্ | – | তাং | – | – | – | তা | খ্র | |
| | খ্রাং | – | – | – | – | – | – | – | ‖২‖ |
| | + | | | | | | | | |
| ‖ | ঘ্রীন | ত্র | খিৎ | ত্র | খিৎ | ত্র | খিৎ | ত্র | |
| | খিৎ | ত্র | খিৎ | ত্র | খিৎ | – | – | – | |
| | ঘীন | – | – | ঘীন | তা | গীন | ধেন | তা | |
| | ঘীন | – | তাং | – | – | – | তাং | – | ‖২‖ |
| | – | – | তাং | – | – | – | তাং | – | |
| | – | – | তাং | – | – | – | তাং | – | |
| | – | – | – | – | খিৎ | ত্র | গ্র | – | |
| ‖ | ধন | ত | থৎ | তা | ধন | ত | থৎ | তা | |
| | ধন | ত | থৎ | তা | থৎ | ত | ধন | তা | |
| | থৎ | তা | ধন | ধন | – | ধন | ধন | – | |
| | ধে | – | – | – | – | – | – | – | ‖২‖ |

**য়েংশিনবিগদবা**

মথক্তা ইজরিবা পুঙলোন জগোয় অসি অরনবা তহাদা থানবসু য়াওই, অকুংবা তাহাদা থানবসু য়াওই। অনীমক করিসু অকায়বা লৈতে। অরনবা তাহাদা থারগনা জগোয় শাবদা মাত্রা ৭ (তরেৎ) ভাইবগী ঝাদনি। J.N.M.D. Academy, 3rd year গী দমক্তদি অকুংবা তাহাদা গুরুশিংনা শিজিন্নবিরম্মী। মরম অসিদগী পুঙলোন জগোয় অসি দ্রুত তাহা অকুংবদা ইজবনি। গুরু ৺অমুবী সিংহ, গুরু ৺অকেন্না।

## কৃষ্ণ থুংবা

তান :- মেনকুপ। মাত্রা ৬, তাম্বা ১ হায়দোকপা ১

খূদম:- + | ০

| | | | | | | | ময়ায় ওইবা লয়

ঈশৈ :- বংশীবটকী লম্বীদা ময়াই কারব.....।

## পুঙলোন

| + | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | – | তেন | টাক্ | ঘিন্ | ধেন |

ঈশৈ :- বংশীবটতা য়ৌদুনা...।

## অথোনবা

| + | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | তত্ত | তত্ত | টাক্ | ধন্ত | ধন্ত |

ঈশৈ:- ''লম্বীদা'' হায়বা অসিদা ঈঙ্গিৎ পীগনি।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | গীন্ন | গ্র | তৎ | খ্রাং | – |

ঈশৈ :- ''ময়াই কারবা''* ময়াই হায়রিবা মফমদগী পুঙলোন 'অথাবা' য়ৈগনি।

## অথাবা পুঙলোন

| + | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | গীন্নগ্র | ধেন | ধিন | গীন্নগ্র | ধেন |
| ধিন | গীন্নগ্র | ধেন | গীন | ধৎ | ধে |

ধেন ॥

## গোপী লেংখোকপা

তান চালি :- মাত্রা ৮ তাম্বা ৩ হাইদোকপা ১

খূদম:- + ০ ২ ৩

| | | | | | | | |

গোপীর বিষম দশাগী ছন্দ

ঈশৈ :- গোপীগী অৱাবা পুক্লিং ....।

## পুঙলোন

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তাং | খিৎ | – | খ্রখ্র | টক | ধেন | ধেন | তা |

ঈশৈ :- ভাগ্যচন্দ্রনা ''চন্দ্রনা'' হায়বা মফম অসিদগী অথাবা পুঙলোন য়ৈগনি।

## অথাবা

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | তত্ত | খিত্ত | ধিন | তত্ত | খিত্ত | ধিন | ত্রখ্র |
| তখি | তাং | তত্ত | খিত্ত | তঘিন | ধেন | গীন্নাৎ | – |

ধেন ।।

## গোপীশিংনা রাগ হৌরগনি

রাগ - কেডার

রাগ অসিদা চংবা সা,রে,গ,ম, ময়েক শুধ শ্বর ৭ (তরেৎ) চংই।
শুধ শ্বর :- সা,রে,গ,ম,প,ধ,নি, (নট ঈশৈগী কেডার রাগনি)

## কেডার রাগ নোটেশন

| | | | | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘর- | প | - | প | প | প | প | পধ | পধ | প | ম | প | প | প | নি | - | - |
| | তা | - | রি | ত | ন | ত | না | - | - | রি | রি | রি | রি | - | - | - |
| | নি | নিধ | প | মপ | প | প | ম | - | পধ | - | পধ | - | পম | পম | - | - |
| | - | ত | ন | ত | ন | ন | ন | - | রি | - | রি | রি | রিরি | রি | - | - |

| | | | | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | প | ধ | ম | প | ম | গ | রে | - | সা | সা | সা | গ | - | - | গ | ম |
| | তা | - | - | - | - | - | - | - | রি | রি | রি | - | - | - | তা | - |
| | রে | গ | রে | সা | নি় | - | রে | সা | সা | - | - | - | - | - | - | - |
| | - | - | - | - | - | - | রি | রি | রি | - | - | - | - | - | - | - |
| পঞ্চম- | সা̇ | - | সা̇ | সা̇ | সা̇ | সা̇ | সা̇ | ধ | - | প | সা̇ | নি | সা̇ | - | - | - |
| | তা | - | রি | ত | ন | ত | ন | - | - | - | রি | রি | রি | - | - | - |
| | রে̇সা̇ | নিধ | পধ | প | ম | গ | গ | গ | গ | ম | - | - | পধ | - | পধ | - |
| | রি | - | - | রি | ত | ন | ত | ন | - | - | - | - | রি | - | রি | - |
| | পম | পম | - | - | প | ধ | ম | প | ম | গ | রে | - | সা | সা | সা | গ |
| | রিরি | রি | - | - | তা | - | - | - | - | - | - | - | রি | রি | রি | - |
| | - | - | গ | ম | রে | গ | রে | সা | নি় | - | রে | সা | সা | - | - | - |
| | - | - | ত | - | - | - | - | - | - | - | রি | রি | রি | - | - | - |
| দীর্ঘ- | ম | প | ধ | সা̇ | সা̇ | নি | সা̇ | - | গ̇ | ম̇ | রে̇ | গ̇ | রে̇ | স̇ | নি | |
| | তা | আ | রি | - | ন | ত | ন | - | তা | - | - | - | - | - | - | - |
| | রে̇ | সা̇ | - | রে̇স̇ | সা̇ | - | - | - | | | | | | | | |
| | রি | - | - | রিরি | রি | - | - | - | ।। | | | | | | | |

য়েংশিনবিগদবা:- পঞ্চম হ৞্জিন্দুনা শক্লগা
ঘর, দা অমুক হ৞্জিন্দুনা লোইগনি।
রাগ অসিগী বাহন শ্লোক (শাদোং) শক্কনি।

**বাহন শ্লোক**

স্নাত সমন্তি নবন্তি সুকদেহা কেশপছন্দি তরানি বিন্দু
নিশুনিব বয়ন্তি তিমিরা সুকান্ত কেডারিকা ব্যক্তা পয়ধরগ্রি।।
''ঘর'' হ৞্জিন্দুনা তিনতান জগোয় মপোপ তাগনি।

বাহন শ্লোক অসিমসু লৈ।

সদা সযুতির্ন বতী সুদেহা ক্লেশাৎ প্রান স্যন্দিতা বারিন্দু।
নিছিপয়ন্তি তিমিরাং সু কান্তং কেডারিকা বাক্ত পায়োধরশ্রী : ।। ০।।

**বাহন শ্লোক অর্থ (মখক থংবগী)** - শাবান নীংথিবী ঈরুজবা কারকপী, শমদোন্দগী ঈশিং তারিবী তরু তহেনবী ফীজি শুমদোকপী, অচোৎপা ফীজোনদা থাবোম মঙান ফাওবী অদুবু ''কেডারিকা'' হায়না কৌই।।
মৈতৈ জগোয় (১৩) শুবা বহন অর্থ অসি ইমাবোক ৺ক্ষেত্রিতোম্বী দেবীদগীনি।

## জগোয় মপোপ

তান :- তিনতান মচা মাত্রা ১৪ তাহ্রা ৩ হাইদোকপা ১

খুদম:- + ০ ২ ৩

| | | | | | | | | | | | | | | | তিন তান এক ফাক য়ৈবা মতমদা ফাক ধরনা হৌগনি।

(শরদ পূর্ণিমাগী ছন্দ)

ঈশৈ :- শরদকী পূর্ণিমা ঈংনা লুবা অহিংনি।

## পুঙলোন

| + | | ০ | | | | ২ | | | | ৩ | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| – | – | – | – | তেন | তা | টাক্ | খিৎ | – | ধেন | টাক্ | গীন | ধেন | গীন্নগ্র |
| ধিন | – | থেন | – | তেন | তা | টাক | খিৎ | – | ধেন | টাক | গীন | ধেন | গীন্নগ্র |

ঈশৈ মকোক হঞ্জিলকঅমদাইদা অমুক-মুক অথাবা পুঙলোন অসি য়ৈগনি।

## অথাবা পুঙলোন

| ২ | | | | ৩ | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| গীন্নগ্র | ধেন্তা | গীন্নগ্র | ধেন্তা | গীন্নগ | ধেন্তা | গীনগীন | তৎ |

জগোয় অফৈবী তারগনি।

তান :- মেন ভুষণ মাত্র ৭ তাহ্রা ২ দুই তাননি।

খূদম:- + ২

| | | | | | | (সূত্রধারিনা তান অনী থাদুনা শকই।)

(নাচেরে নাগরগী ছন্দ)

ঈশৈ :- জগোয় শারী শ্রীকৃষ্ণনা----------।

## পুঙলোন

| + | | | | ২ | | | + | | | | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধেন | - | টাক | ত্রেন | খিৎ | খর | খর | টাক | গীন | ধিন | - | ধেন | তা | - |
| ধেন | - | টাক | ত্রেন | খিৎ | খর | খর | টাক | গীন | ধিন | - | ধেন | তা | - |

ঈশৈ :- ''থেন - তা তা'' হায়বা ঈশৈ অসিদা লোংলৈ অহুম লৈগনি, পুঙলোন অসি য়ৈগনি।

## লোংলৈগী পুঙলোন

| | | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ২ | | | + | | | | ২ | | | |
| ১ | | | | খিৎ | গীন্ন | গ্রা | ধিন | - | ধেন | - | তত্ত | খিত্ত | - | |
| তেন | - | তা | - | টীক | গীন | - | ধিন | - | ধেন | - | তত্ত | খিত্ত | - | ॥৩॥ |
| তেন | - | তা | - | টাক | - | - | তেন | - | তা | - | টাক্ | টাক | - | |
| তাং | - | - | - | ধিন | গীন্ন | গ্রা | ধেন | তা | ধেন | - | তা | তা | - | |

তান :- তাঞ্চপ মাত্রা ৮ তাম্বা ১ হাইদোকপা ১

খূদম:- + ০
| | | | | | | | | ময়ায় ওইবা লয়

(নৃততি সহ রাধিকাগী ছন্দ)

ঈশৈ :- শারক্লে জগোয় শ্রীকৃষ্ণ...।

## পুঙলোন

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | | | |
| ধিন | তেন | - | তা | টাক | ধেন | গীন্ন | ধেন |

ঈশৈ :- শ্রীকৃষ্ণ "কৃষ্ণ" হায়বা মফমদগী ঈঙ্গিৎ পীগনি।

## অখায়বা

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | | | |
| ধিন | ধেন | খিৎ | তা | টাক | - | - | - |
| ধন্তেন | :তা | খিত্ত | ধেন | তখিৎ | তাধিন | :তা | তেন |
| তাৎ | তত্ত | তত্ত | খিত্ত | টাক্ | ধন্তেন | তৎ | - |

তানবুং অমুক তাগনি।

ঈশৈ: মকোক হঞ্জিলকপদা লোংলৈ উপলৈ লৈগনি।

## লোংলৈ-উপলৈ

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | | | |
| ঘিন্তা | তেন্তা | খিত্ত | তেন্তা | খিত্ত | তাগীন | তত্ত | খিত্ত |
| খিত্র | গ্রঘিন | তাঘিন | থেৎ | ধেন | - | - | - |

ঈশৈ :- থরান মিচাকী.... তানবুং তাগনি। ঈশৈ মকোক হঞ্জিলকপদা খায়দোক্কনি।

**অখায়বা**

| + | | | | ০ | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধন্তেন | :ত | খিত্ত | খেন | তখিৎ | তাধিন | :ত | তেন |
| তাৎ | তত্ত | তত্ত | খিত্তা | টাক্ | ধন্তেন | তা | খিত্ত |

তান :- চালি তারগনি। মাত্রা ৮ তাল্বা ৩ হায়দোকপা। ১

(কিয়ে মাধুরিগী ছন্দ)

ঈশৈ :- ইতা য়েংঙুনে... ।

**পুঙলোন**

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | ঘিন্তা | খেন | ধিন | তেন | তা | টাক | গীন্নগ্র |
| ধিন | ঘিন্তা | খেন | ধিন | তেন | তা | টাক | গীন্নগ্র |
| ধিন | তাতেন | :তা | টাক | তা | তাতেন | :তা | টাক |
| তা | তত্ত | তত্ত | খিত্ত | তখিৎ | তাং | খিৎ | গীন্নগ্র |

ঈশৈ :- ''পুক্নিং হকচাং হুবিখরে'' ঈঙ্গিৎ পীগনি।

**পুঙলোন অখাবা**

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | তাগ্র | খ্রাং | খিৎ | - |
| ধিন | গীন্ন | খেন | ধিন | গিন্ন | ধিন | তেন | তা |
| টাক | খিত্ত | তেন | ধিন | গিন্ন | ধিন | খেন | তা |

ঈশৈ :- ''পুক্নিং হুরবা'' হাইবা অসিদা অখাবা পুঙলোন য়ৈগনি।

**পুঙলোন অখাবা**

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | তেন | তেন | তাং | - | ঘিন | খেন | - |
| ধিন | খর | খর | তাং | খর | খর | তাং | খিৎ |
| তা | ঘীন্ন | গর | খেন | তা | গীন | খেন | - |

খেন।।

## কৃষ্ণ নর্ত্তন

তান:- রুদ্র তান মাত্রা ২৮ তাল্হা ১১ হাইদোকপা ৩ (সোম ধরণ)

খূদম:- + ০ ২ ৩ ০ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৯ ১০ ১১ ০

(নৃততি তাণ্ডবকী ছন্দ)

ঈশৈ :- গোপীগী ময়ায়দা তানগী মথক্তা...।

### পুঙলোন

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | | ০ | | ৪ | | ৫ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | তেন্তা | তেন্তা | তেন্তা | ধিন | গীন্নগ্র | ধিন | তাং | - | গীন্নগ্র | ধিন | গীন্নগ্র | ধিন | গীন্নগ্র |
| ৬ | | ৭ | | ৮ | | ৯ | | ১০ | | ১১ | | ০ | |
| ধিন | তাং | তত্ত | খিত্ত | খিত্ত | তঘিন | তত্ত | খিত্ত | ধিন | গীন্নগ্র | ধিন | তাং | - | - |

ঈশৈ :- ''অনঙ্গবু ঙমজবা'' হায়বা মফমদা অমুমুক খায়দোক্কনি।

খায়দোকপা অমসুং অথাবা পুঙলোন। অসিনসুম য়ৈগনি।

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | | ০ | | ৪ | | ৫ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘীন্তেন | তটাক | ঘিন | তাং | ধন | ধন | ধন | তাং | - | ধন | তত্ত | খিত্ত | গীন্ন | গীন্ন |
| ৬ | | ৭ | | ৮ | | ৯ | | ১০ | | ১১ | | ০ | |
| ধেন | - | খিত্ত | টাক | ধেন | খিত্ত | টাক | ধেন | খিত্ত | টাক | ধেন | - | - | - |

তান :- মেনকুপ মাত্রা ৬ তাল্হা ১ হাইদোকপা ১

খূদম:- + ০

(প্রানের সজনীগী ছন্দ)

ঈশৈ :- শ্রীরাস মণ্ডলী ময়ায়দা.........।

### পুঙলোন

| + | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | - | তেন | টাক | গিন | ধেন |

ঈশৈ:- চিত্রনচিংলবী হায়বা মফমদগী অখায়বা পুঙলোন য়ৈগনি।

| + | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | গীন্নগ্র | ধেন | ধিন | গীন্নগ্র | ধেন |
| ধিন | গীন্নগ্র | ধেন | গীন | ধৎ | ধেন |

### ঈঙ্গিৎ

| + | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | - | ধেন | খিৎ | তা | - |
| টাক | - | ত্রগ্র | তাংখিৎ | তত্ত | খিত্ত |

তাঞ্চপ পুঙলোন জগোয়।

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | তাং | - | খিত্তা | ধিন | তাং | - | খিত্তা |
| ধিন | তাং | - | - | - | - | - | - |
| থীৎ | তেন্তা | তেন্তা | তেন্তা | থীৎ | তেন্তা | তেন্তা | তেন্তা |
| তাংখিৎ | তত্ত | খিত্ত | থেন | - | থেন্ত | তাগীন | ত্রগ্র |
| ঘীন্নাং | :তা | তাঙ | তাং | তাঙ | তাঙ | তাং | - |
| - | - | - | - | - | - | - | - |
| তেন | :তা | তেন | তা | তেন | তা | টাক্ | - |
| তেন | :তা | তেন | তা | তেন | তা | টাক | খিত্ত |
| ধন্ত্র | গ্রধন | ত্রগ্র | ধন্তা | টাক | গীন্তা | থেন | - |
| ধিন | - | তেন্তা | - | টাক | ধেন | - | ধেন |
| ঘীন | তাং | তা | তাং | - | তাং | - | তাং |
| খিত্ত | তেন্তা | টাক | তাং | খিত্ত | তেন্তা | তাঘিন | ত্রগ্রা |
| ধে | :ধেন | - | ধিন | গীন্নগ্র | ধেন | ধিন | - |
| তাং ॥ | | | | ধেন | - | তা | - |

তান :- চালি তারগনি।

ঈশৈ :- ইন্দ্রনীলমণীবু ঙমজবা....।

### পুঙলোন

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | তেন | - | টাক্ | খিৎ | তা | ধেন | তা ‖ |

ঈশৈ :- ''সনা ফিগেনা'' হায়বা মফমদগী পুঙলোন খায়গনি।

### অখায়বা

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | তেন | তেন | তাং | - | গীন | থেন | - |
| ধিন | খর | খর | তাং | খর | খর | তাং | খিৎ |
| তা | গীন্ন | গর | ধেন | গীন্ন | গর | ধেন | তা |

ঈশৈ :- মণী পরেংগী ময়াইদা

| | + | | ০ | | ২ | | ৩ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| \|\| | ধিন | তেন | খর | খর | টাক্ | ধেন | ধেন | তা | \|\| |

ঈশৈ :- শ্রীগোবিন্দগী থবাক্তা, পুঙলোন খায়দোক্কনি।

**অখায়বা**

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | তেন | তেন | তাং | - | গীন | থেন | - |
| ধিন | খর | খর | তাং | খর | খর | তাং | খিৎ |
| তা | গীন্ন | গর | ধেন | গীন্ন | গর | ধেন | তা |

ঈশৈ :- ব্রজ যুবতিশিংগী ধর্ম্মবু মাঙহনগে, শেমলকপরা বিধাতানা ॥

| | + | | ০ | | ২ | | ৩ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| \|\| | ধিন | তেন | - | টাক্ | খিৎ | তা | ধেন | তা | \|\| |

ঈশৈ :- ''বিধাতানা'' হায়বা মফমদগী অথাবা পুঙলোন য়ৈগনি।

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | তেন | তেন | তাং | - | ঘিন | থেন | - |
| ধিন | খর | খর | তাং | খর | খর | তাং | খিৎ |
| তা | গীন্ন | গর | ধেন | তা | ঘিন | থেৎ | - |
| ধেন ॥ | | | | | | | |

**রাধা নর্ত্তন**

তান :- তাঞ্চপ অরাওবা, মাত্রা ৮ তাম্ব ১ হাইদোকপা ১

খূদম:- + ০

| | | | | | | | | | ফাক ধরননা হান্ন হৌগনি।

(নাচত রাধা বিধুমুখিগী ছন্দ)

ঈশৈ :- বিনোদিণী রাধা জগোয় শারি।....।

**পুঙলোন**

| | | | | ০ | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | - | তা | থেন | গীন্নগ্র |
| ধিন | :ত | ধেন | তা | ধিন | ধিন | তেন | তা |
| টাক্ | - | - | টাক্ | - | তা | থেন | গীন্নগ্র |

ঈশৈ :- পদ মরি শকলগা, মকোক হঞ্জিলকপগী ''বিনোদিণী রাধা'' হায়বা মফমদগী ঈঙ্গিৎ পীগনি।

মাগুপ মপু - মাগুপ মপুনা য়াইবিরেন শিদবা মপু লাইনিংথৌগী মশক্কী। মরম অসিনা মাগুপকী মোইরাংলাইজি, সম্বোং পাংবদা মাগুপ মপু মীনা মহুৎ শীন্দুন ফম্লিবনি। নুমিৎকী ময়ুম্মী হায়না লৌনৈ। নুমিৎ ময়ূম চঙখ্রবা হংনরিবনি। মীতৈনা সম্বোং পুঙমায় ঙকপসু (লেপ্পা) কৌনৈ। হায়রিবা মাগুপ লাইফম অসিদা ভক্তা, বৈষ্ণব, কয়ানা লাইনিং লম্বীগী মফম অমা ওইনা লৌজরিবনি। মাগুপ অসি মখোঙ ১২ য়ুংবসু য়াওই। মখোঙ ৮ নিপান য়ুংবসু য়াওই। মখোঙশিং অসি পণ্ডিতশিংনা নীংজবা গ্রনিদা মমীং থোন্নৈ। মাগুপ মখোঙ ১২ অসি থা ১২নি হায়না লৌবসু য়াওই। বৃন্দাবনগী ভাবনি হায়না লৌবসু য়াওই। অকায়বা লৈতে ঈশ্বরগী মরমদা। মখোঙ ৮গী মমিংসু অষ্ট সখীগী ভাব ওইনা লৌবসু ময়াওই।

অষ্ট সখীশিং -
১। ললিতা
২। বিশাখা
৩। চিত্রা
৪। চম্পকলতা
৫। রঙ্গ দেবী
৬। সুদেবী
৭। তুঙ্গ বিদ্যা
৮। ইন্দুরেখা

অসিগুম্লবা মণ্ডন লৈখ্রবা লাইনীং লম্বী ফংনবা মীতৈগীসু মখোঙ নিপান অসিগী তোঙানবা ভাব গুণ মমিংশিং থম্বীরম্মী।

গুনশিং -
১। নোল্লুকপা
২। থাজবা
৩। ঈংথবা
৪। পুকচেল তিংবা
৫। নুংশিহৈবা
৬। ৱাখন ৱাংবা
৭। খঙবা
৮। পেন্থোকহৈবা

হায়রিবা গুণশিং অসি চেল্লগদা, ঈশ্বর ফংবগী লম্বী ওই। মাগুপ মখোঙ নিপানগী গুণবু অসুম্না থম্বীরম্মী। অদুগা য়ুংলিবা মেন উরেপ (যাত্রা) বু লাইনিংথৌগী মশক্কি। পান্দা পুখোক্তুনা তাইবং মীগী য়াংলেন শরুগী মশক লৌদুনা য়ুংলিবনি। নুং-পান খায়বা তাইবংনি হায়বসু উহল্লি।

রাস মণ্ডলগীদি ময়ায়দা যাত্রা য়াওদে য়াওদ্রবসু মণ্ডলিগী মনুংদা রাসকী মশক লৌদুনা সংকীর্ত্তন ঈশৈ শক্লিঙৈদা মণ্ডপ ময়োন্দা ধূপ দ্বীপ, হৈরুক পানা কৎতুনা খুরুম্লিবা মফম অদুবু সিংহশন যাত্রা লৈ হায়না খনগদবনি।

রাখন নিপান অসিগী পান্দম মওং লাক্লুনা য়ুংলিবা মণ্ডপকী মখোঙ ৮গী গুণ মথক্তা ইজখ্রে। হায়রিবা লাইনীং রাখন মখোঙ ৮না ঈশ্বর মপু মাবু পুন্দুনা থমজবা মপু মহাক্না লেঙথোকপা ঙমদনা লৈবা অদুগী মশক্নি। লাইনিংথৌ শিদবা ঈশ্বর মহাক্তি পান্দা লৈরগা তেংবালবা মপু, তাইবং নুংদা লৈরগা তাইবং পানবা মপু থৌরায় কৌই। মরম অসিদগী নাম শোনবিগদবা পালাশিংনা পান্ন তাঙ্গ অমতং যাত্রা মেন উরেপতা কৎচদুনা খুরুম্বগা লোয়ননা পাউতাক-পাউমেন লৌজদুনা মাণ্ডপ মপুনা হরি ধ্বনি লাউদুনা সংকীর্ত্তন হৌরিবনি।

নাম শোল্লিবা ময়ায়গী ফম্বাল অদু তাইবং খোয়দৌগী মশক্নি হায়না খনগনি। পালাশিংনা খোয়দৌগী মশকওইবা ফম্বালবু কোইশিল্লিবনি খোয়দৌ পাফনগী মশক লৌদুনা শেম্বীরম্বনি। পুঙ য়ৈবনা খোয়দৌগী মিহুন অচৌবগী মশক্নি। ঈশৈ হনবনা পাফনগী মকোক্কী মশক্নি। দুহারনা পাফনগী মমৈগী মশক্নি। ঈশৈ হনবা পাফনগী মকোক্না দুহার পাফনগী মমৈ ওইববু খুরুম্নীবা (কর্ত্তাল মিলন) অসিনা খোয়দৌ পাফলনা ময়ানা মমৈবু চীকপা অদুগী মশক লৌদুনা শেম্বীরম্বনি। শেম্বীরম্নীবা মওং অসি অসুক্কী মতীক দর্শন রাংবা নুংগী ইচেল ফজবা অমমুক লৈত্রে হায়জনিংই।

**পুঙয়ৈবা অনীনা রাগা হৌবা -**

পুঙয়ৈবা অনীনা পালাগী অকোয়বা মচিন-মচিন্দা লেপ্পুনা হায়বদি মাণ্ডপকী মচিন্দা রাগ হৌই। রাগ হায়বদি মূর্ত্তি শাগৎপবু খঙনৈ। মূর্ত্তি শাগৎপা লোইদুনা সঞ্চার য়ৈগনি।

সঞ্চার য়ৈরিবা অসি জীবন্যাস থব্রায় হাপ্পনি। থব্রায় হাপ্পবদি অহিংবা হায়বা পোৎ অদু ওইরে। অহিংবা পোৎ অমা ওইরবদি মিহুন-থাউন হুনলে, পূম্নমক্কী পূনফম খোইদৌ পাফনগী মশক ওইবা মণ্ডপকী ময়ায় ফম্বাল লাংলিবা ঈশ্বরগী মশক লৌরিবা মফম ময়ায়দা চঙলক্লুনা য়ৈররিবনি। অহানবা জীবন্যাস থৌরায় হাপত্রিঙৈদদি মণ্ডপকী মনুং চঙদুনা য়ৈবা য়াদে। লীকলম অসি সংকীর্ত্তনদা লাইনীং লিচৎকী ওইবা খূৎশেমদা থম্বীরম্মী। রাগ, সঞ্চার, য়ৈরিঙৈদা ভাবক, বৈষ্ণব, অমত্তা চঙনদে, হান্না লৈরম্বা ভাবক বৈষ্ণবশিংসু রাগ তাদ্রিফাও লেঙনদনা মফম অদুদা অদুম লৈনৈ।

লাইপৌ চোংলমদাই তাইবং হকচাং মূর্ত্তি শাগৎলমদাইদসু মী চৎথোকহৈদে লেঙদনা লৈনৈ লাইপৌ লোইরগা মী চৎথোক চশিন য়াই মসিগসু সংকীর্ত্তনগা নকশিন্নবগী মমি তাই। রাসতসু ভঙ্গিগী মতাংগা লাইপৌ চোংবগা নকশিনবা মমি তাবগুম্না, সংকীর্ত্তনসু রাসকী মহুৎ শিল্লকপনিনা মসিদসু মমি তাফম থোকই হায়না থমজনিংই।

অসুম্না রাগ তাব লোইখ্রগা খোইদৌ পাফলগী মশক লৌদুনা পুঙয়ৈবনা মাণ্ডপকী ফম্বালগী তুংদা মিহুনগী মশক ওইনা ময়ায়দা চঙলক্লুনা পুঙ য়ৈরিবনি। মসিগী লিক্লম ঈচেল অসি উহননবগীদমক্তা পুঙ য়ৈবা অনীনা পালাগী মচিন অনীদা লেপ্পুনা পুঙগী রাগ হৌরম্নীবনি।

মাইচৌ পণ্ডিতশিংনা লাইনীং লিচৎকি খূৎশেম ওইনা লাইহরাওবগী হোই লাউবগী য়ূম্ফমদা শাগৎতুনা থম্বিরম্বা ওইরমগনী নীংজৈ।

**লংথাবাল (কাঞ্চিপুর) কোনুংদা অহানবা রাস কৎখিবা-**

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা অহানবা কৎখিবা রাসকী মশক্তি মহারাসনি। গোবিন্দগীতা ওইজবা তোঙানবা মওংনি। মীতৈগী লাইহরাওবগী শকফমদা ইকায়-কায়দনা শেমদুনা কৎপনি। লাইনিংথৌ

লাইরেম্বী অনীমক লাইনুংদা ফমদেংদুনা লৈবগী মওংদা গোবিন্দবু লেঙখোক্তুনা মচা ইবেম্মানা ওইদা থৌগন ফংজরগা, মহারাণী ভানুমতীনা মকোক চিংদুনা গোপীশিং কোয়শিন্দুনা ঈশৈ "লভদন গোবিন্দা" হায়বা অমা শক্তুনা অচৌবা ভঙ্গি শারগা প্রার্থনা অমা কৎলগা আরতি কৎতুনা লোইশিল্লি হায়না ওঝা গুরুশিংগা তাকপিরম্মী। মতমগী মতুং ইন্না ওঝা গুরুশিং অমদি পণ্ডিতশিংনা ঈনিংথৌদা হঙ্গৎচরগা তান্ন তান্নদুনা রাসকী মপুঙ ফাবা শকফম অমা ওইরকপনি।।

**শ্রীশ্রী বিজয়গোবিন্দদা কৎপা রাস-**

শ্রীশ্রী বিজয়গোবিন্দদা কৎপা রাসপু খুল্লক্কী রাস হায়নসু খঙনৈ। ভাগ্যচন্দ্র মহারজনা গোবিন্দগী রাস অমসুং খুল্লক্কী হায়দুনা মখল অনী থোক্লা থম্বীরম্মী। বিজয়গোবিন্দগী রাস অসিনা অকোনবা ওইনা পুথোকপিরকপনি। ঋতু ঋতুগী মতুং ইন্না রাস অনী বসন্ত রাস অমসুং কুঞ্জরাস অসিসু মথং-মথং পুথোকপিরক্তুন রাস মখল অহুম অসি গোবিন্দদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কৎচখি। অসুম্না মান্ননা বিজয়গোবিন্দদসু রাস অনী অসি হাপচিন্দুনা কৎখি।

শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দগী রাস অসিদি ভক্তা বৈষ্ণব প্রজাশিংনা কৎচনবগীদমক পুথোকপিখিবনি। হায়রিবা রাসশিং অসি রাধা,কৃষ্ণ মীনা প্রতিনিধি (মহুৎশিন্দুনা) শারে। কৃষ্ণ অভিসার, রাধা অভিসার (গোপী অভিসার) কৃষ্ণ নর্ত্তন রাধা নার্ত্তন কয়া বৃন্দাবনগী রাসকী ৱারীদা মপূং ফানা শেমদুনা ওঝা গুরুশিংনা ক্রম অমগী মখাদা নিয়ম নাইনা পুথোকপিরক্তুনা রাস কৎনরক্লে।

**রাসধারী-**

রাসধারী হায়বদি শম্না হায়রবদা রাসকী মরমদা যাম্না খঙহৈরবা ধড়ি (ধোড়ি) "লং" য়েৎনবা ধোড়ি গুম্না ৱাৎপা লৈত্রবা চীংথোক্লিবামথৈ থোকলকপা গুণ লৈবা, ধোরিদাগী লাকপ ৱাহৈনি "রাসধারী" জগোয় তম্বীদুনা রাসকী পুঙ যৈরিবা ওঝাদুবু রাসধারী হায়না খঙনগনি।

**সূত্রধারী-**

সূত্রধারী হায়বদি শম্না হায়রবদা "লং" শুতনা ধড়ি (ধোড়ি) দা য়েৎপা, ৱাহৈদগী লাকপনি। সূত্রধোড়ি দগী সূত্রধারী।

রাসকী ৱারী, শৈরেং, শৈশক, শ্লোক অসিনাচিংবা কয়াবু ভক্তা বৈষ্ণবশিংগী মফমদা নাম য়েন্দুনা তাহনবা অদুবু সূত্রধারী হায়ন খঙনগনি।

কৌব্রু লাইজিদা রাসধারি অমসুং সূত্রধারী-

রাসমণ্ডলগী অৱাং থংবা হোজং, অমসুং মনীং থংবা হোজং অনীগী মরক কাচিন "কৌব্রুলাইজি" দা রাসধারী অমসুং সূত্রধারী অনীনা মফম অসিদা ফম্লিবগী মরম খরদং নৈনজরি।

"রাস" তা কৌব্রুলাইজিবু কলি যুগকীদমক্তদি মহাযজ্ঞগী মফম্লি হায়না লৌই।

যজ্ঞগী মফম ওইবনা রাসধারী সূত্রধারী অনীনা রাসলীলাগী নাম শোল্লিবনি, নাম অসিনা ভক্ত-বৈষ্ণবশিংবু তাহল্লীবনি।

ঈশৈ শৈরেংশিং অসি শক্তুনা রাস মণ্ডল লীলাবু মপুঙ ফাহল্লি। ৱারী ৱাখোঙলীদুনা শ্লোক থীদুনা বৃন্দবনগী রাসপু ময়েক শেংনা খঙহলি। কৌব্রু লাইজি লাইফম্নী যজ্ঞগী মফম্নী।

মীতৈ লাইহরাওবদসু অসুম্না শৈথারি।

" অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা
য়োইময়াই খুন্দা অহানবা
সন্নরিক মপান থারিবা
লোংথৈ মউ লিংলিবা"।

কৌব্রু লাইয়াম্না হরাওখিবা মফম খুন্দাখিবা অহানবা মফম্নি। মীগী হৌরকফম্নি। হয়েং শিবা মতমদসু অমুক হনখিগনি থাজনরিবা মফম্নি। মীতৈ ঐখোয়না তাইবংপান থাদোক্নুনা শঙ মনুঙদা লৈরবা মতমদসু কোক অৱাং ওন্দুনা থম্মী। হৌরকফম শাৎফম কৌব্রুদগীনি হায়বা লীক্লম খঙহল্লি।

তাইবং হকচাংগী কোক্কী লেনফুবু কৌব্রু চীংনি শৈথারি। হকচাংগী পার্ট, শিংলী-নাওরিনা কোক্কী (ব্রেন) দা য়ৈরগা ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। তাইবং লীলা য়াওবা ঙম্মী। কৌব্রুবু লাইফম অরুবা মফমনি খঙবা লাই গুরুশিংনা, রাসধারী অমসুং সূত্রধারী অনীবু মফম অতৈদা ফমহনদনা, কৌব্রু লাইজিদা ফমহনলমলিবনি।

**কৃষ্ণ অভিসার-**

কৃষ্ণ অভিসারগীদমক রাস মণ্ডলিগী মখা থংবা হোজংগী মপাদা কৃষ্ণ শাবনা লৈতেংদুনা মোন্তেক্তা ফমদুনা মমায অৱাং ওল্লম্বদগী লেংখৎতুনা য়েৎওইননা অভিসার লাকই। অভিসার থুংবা মতমদা অৱাং থংবা মণ্ডলিগী হোজং মপাদা মাই মখা ওন্দুনা কুঞ্জদা থুংই।

কৃষ্ণগী অভিসারগী জগোয় খুৎশেম অসি নুংগী ওইবা ভাবতা লাই গুরুশিংনা শেম্বীরম্বনি। শেম্বীরম্বা নুংগী ভাব অসি থিজিন্দুনা পুথোকপা মতম ওইরবনি।

মণিপুরগী রাসতি ঋতুগী খোঙচৎ, মালেম লৈমনা নুমিৎপু য়েৎ ওইননা কোয়দুনা চহী শাগৎপা, নুমিৎ, থা, থৌৱানমিচাক, জ্যোতিষ চক্র অসিনচিংবগী ভাব পুশিন্দুনা শেম্বা বৃন্দবনগী লীলানি। শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা লীলাবু কার্ত্তিক পূর্ণিমানি হায়রিবসিনি। নুমিৎনা কৃত্তিকা নক্ষত্রদা লৈবা মতমদা বিশাখা নক্ষত্রদা চন্দ্রনা (থানা) লৈ। নুমিৎনা কৃত্তিকা নক্ষত্রগী অরোযবা শরুক্তা লৈববু বৃষ রাশিদা লৈবা মরমদগী বৃষ ভানু হায়না খঙনৈ। রধাবু বৃষভানুগী মচানুপী ওইরিবনি। বৃষভানুবু কৃত্তিকাসু কৌই।

মরম অসিদগী কৃষ্ণ অৱাং পাংনা মখারোমদগী হায়বদি দক্ষিনায়ন্দগী উত্তরায়নদা হাইগৎলকপা (অৱাং খোংগাবা) কৌই। কৃষ্ণ অভিসার অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লবগী লীকলম ওইনা থম্বীরম্বনি। নুমিৎনা দক্ষিনায়ন্দা মখারোমদা হাইথখিববুনা মখা খোংগুম্বা কৌই।

উত্তরায়নদা নুমিৎনা হায়গৎলকপা থা তরুকনি। ৱাকচীংদগী ইঙা ফাওবা উত্তরায়নগী মতম্নি। ইঙেন্দগী পোইনু থা ফাওবনা দক্ষিনায়ন্দগী মতম্নি। লীকলম অসি কৃষ্ণ অভিসারনা উহল্লি। পান খোংদনা তাইবং মীরমলেনগী ৱারীদা শেম্বা লীলানিনা অঙাংনা কৃষ্ণ শাই। রাস লীলাগীদমক্তা বয়স (চহী) খোইদোক্না থিন্নদে। কৃষ্ণ অভিসার হায়বদি লোন্ন থুপ্না কুঞ্জ তান্না চৎপাবু অভিসার কৌই। ঐখোয়গী চৎনবী ওইনা কৃষ্ণ অভিসারগী মতাংদা ওঝা লাইগুরুশিংনা পুঙলোন জগোয় হাপ্তুনা চোংবা-ফনবা মখন কয়াগী অলংকার হাপ্তুনা কৃষ্ণনা কুঞ্জদা থুংই।

মতমগী মতুং ইন্না ৱাহং কয়াদি লাকই। অভিসারদি লোন্না থূপ্না কুঞ্জদা থুংগদবনি, অদুবু জগোয় চোং-ফন্দুনা অঙকপা ফংনা কুঞ্জদা থুংইবা ঈচেল অসি নৈননিঙাইনি হায়না।

ৱাফম অসি য়াম্না চুম্মী। অদুবু থোইদোক্না অকায়বা লৈতবনা ওঝা গুরুশিংনা পুঙলোন জগোয় হাপ্তুনা চোং-ফন্দুনা শাহল্লিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা লোন্না-থূপ্না শংঙ্গাইদগী লেঙথোরক্লবসু বন য়ৌরগদি পূক্রিংগী নুঙাইবা ৱাখনগী ইহুনগী মতুং ইন্না অকনবা জগোয় শাবা, চোং-ফনবা অমসুং পুঙলোন জাগোয় শাবা অকায়বা লৈতে হায়দুনা ওঝাশিংনা শেম্বীরম্বদি নত্তে। নুংগী ভাব ফজনা উবিদুনা হাপ্পীরম্বনি।

গোবিন্দদা কৎতুনা শান্নরিবা রাস খূংমক দ্বাপুর যুক্তা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা রাস লীলা নীংশিংদুনা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা রাধা কৃষ্ণ উপাসনা তৌজে। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনসু গৌড়ীয় বৈষ্ণব-সম্প্রদায়দা দীক্ষা তৌদুনা রাধা কৃষ্ণ উপাসনা তৌজে। মীতৈনা গৌড়ীয় ধর্ম্ম লৌখ্রবা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংগী ইমুং মনুংগী মচা-মশুশিংনা রাস লীলাদা লাইশিংগী প্রতিনিধি লৌজদুনা অরান-খুভম ফংনবগীদমকতা রাসলীলা লিংখৎতুন গোবিন্দদা কৎচৈ।

কৃষ্ণ, অঙাংতনা শান্নে। থৌরাণী শাবিসু অঙাং নুপী মচাতনা শান্নে। অঙাং হায়বা অসিতবু জগৎকী মীপূম খূদিংনা নুংশি। অদুগুম্বা অঙাং অদুনা চোংবা-ফনবা পুঙলোন জগোয় শাবা অসুক্কী মতীক বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংনা নুংশিজে রস মপুঙ ফানা চূপচৈ মপা-মমা ওইবনা অসুক্কী মতীক নুংশিজৈ, মচাগী জগোয় যেংবদা পেনবা নাইদে।

খূদম ওইনা ফজখ্রবা অশংবা চীংয়াগী লম্পাক, নত্রগা উ, ৱা, হৈরাং লৈরাংনা মপুঙ ফানা হৌবা বন, লম্পাক্তা ষণ মপীগী মনাক্তা পীক্লিবা ষণনাওনা থৌশাদুনা চেন-চোংজবা, শান্নজবা অউবা মীনা ষণনাওবু কয়াদা নুংশিজবা অদুগী পান্দম্ভ ভক্তা বৈষ্ণবনা পেঞ্জনবা রস চূপচনবগীদমক্তা ওঝা লাইগুরুশিং কৃষ্ণগী অভিসার জগোয়দা পুঙলোন জগোয় কয়া হাপ্তুনা চোং-ফন্দুনা ষণনাও মচাগী পন্দম লৌদুনা শেম্বীরম্বনি অমসুং ইবিরম্লিবা রাসকী ৱারী ৱাখোং শৈরেংগী ফজবা কবিনা ফোঙদোক্লমলিবা গুণশিংদা য়ূমফম ওইবা খিবিক মীতৈ ঐখোয়গী চৎনবী লীক্লমদা শেম্বীরম্বা রাস লীলাগী কৃষ্ণ অভিসারনি।

**কৃষ্ণগী শাথেক অহম-**

কৃষ্ণগী শাথেক ফিদুপ অহুম্ব ত্রিভঙ্গ কোই। শ্রীকৃষ্ণনা রাস শানরবসু, রাধা কৃষ্ণ যুগলবু ওইরবসু ত্রিভঙ্গদা লেপ্পীবা ফিরেপকি নুংগী ওইবা ৱাফমদি মতম অহুম, অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং, মঙাং, লুৱাং, খুমন, মতম অহুম্ব তাকপনি। ত্রিভঙ্গ ফিরেপ লেপ্পা মতমদা খূৎতা বাঁশী পায়দুনা খূৎ থাগৎতুনা লেপ্পনি। ইচা-ইশুশিংনা ইবুঙোগী মূর্ত্তিবু অভিনয় তৌবনি। মণিপুরগী রাসতদি কৃষ্ণগী চিনবান্দা বাঁংশী খক থম্মদে। থম্মোয় লকা (থজিন মপা) মপাদা বাঁংশী পায়দুনা ত্রিভঙ্গগী অভিনয় তৌদুনা লেপ্পী। বাঁংশী পায়দুনা লেপ্পগী অভিনয়দা বাঁংশী মুদ্রা খূৎফম শীজিন্নদে য়াওদে। বাঁংশীবদন (বাঁংশী পায়দুনা লেপ্পাগী মায়থোং) মূর্ত্তিদা বাঁংশী মুদ্রা খূৎকী খূৎফম উৎতে শাদে।

বাঁংশী মুদ্রা কদায়বু কৌবগে হায়রবদি খূৎ য়েৎ, ওই অনীমক্কী খূদোম্বী, খুয়ায়, খূনিংথৌ, কোনশিনগদবনি, খুবিগা খুনাওবীগা তিংথোক্তুনা, য়েৎকী খুবী অমসুং ওইগী খুনাওবীগা শম্নগনি। মশিবু বাঁংশী মুদ্রা কৌই। মণিপুরগী রাসতদি মসিগী খূৎফম মুদ্রা অসি শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি লেপ্পদা শীজিন্নদে য়াওদে। শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিদা বাঁংশী পায়দুনা লেপ্লিবা ফিরেপ অভিনয় অসিদি মীতৈ লাইহরাওবগী

মনুং চন্না নোংপোক নিংথৌ, পাম্বোইবী অনীগী পাওশা জগোয়গী খূৎফম্না, শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিদা বাশী পায়দুনা লেপ্লা মওং অসি লৌদুনা শেমখিবনি।

**য়েংশিনবিগদবা-** মণিপুর জগোয় রাস অসি ক্লাসিকেল চিংখ্রবসু মচাকশিংদি ফোক এলিমেন্টনা য়ূমফম ওইবনি।

**ঈশৈ রাগগী মরম নৈনবা-**

গরীবনিৱাজ পামহৈবগী মতমদা রমান্দী ধর্ম্মগা লোয়ননা সংকীর্ত্তন অসি চঙলকলে। চঙলকপগী মতুংইনা ঈশৈগী রাগসু হিন্দুস্থান্নিগী চৎনরিবা রাগগী মমিং থোনবা হৌরকখি। রাগগী মমিং থোনবা হৌরক্লবসু, শৈশক্তি ঐখোয়গী পারি-পুরিগী শৈহেক-শৈদদা য়ূম্ফম ওইদুনা অদুম শকলি।

বংঙ্গদেশ পালা, অরিবা পালা হায়না খঙনরিবা অসিগী সংকীর্ত্তন ঈশৈগী শৈশক্তি মাইবীনা লাইমাঙদা লাইপাও চেনবগী শৈশক্কা য়াম্না মান্ননা শকই। রামো রামো কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা ময়েক্লা তোইন শিজিন্নৈ। মমৈখংদা অসুম অসুম অনৌবা শৈশক চঙলক্তুনা নট সংকীর্ত্তনগী শৈশক্কা মান্নবা ওইরক্লে। পালাগী ফিরেপসু হোলিগী ফিরেপকা য়াম্না নকশিন্নৈ। সংকীর্ত্তন শৈশক খুদিং রাগ অমমম হৌরি, হৌরিবা রাগ অদুগী অঙ্গদা ঈশৈ অদু লোইবা ফাওবা শক্তে। রাগ অমসুং বাহন তমক শক্লমলগা, রসগী মতুং ইন্না ঈশৈ শকপা চৎনৈ। হৌরম্লিবা রাগ অদুগী মমিং হিন্দুস্থানিগী চৎনবিদা (য়ুম্ফমদা) সা, রে, গ, ম, নোটেসন তৌদুনা য়েংবদা রাগ অদুদা চঙলিবা স্বর ময়েকশিং অদুগা হৌরিবা রাগ অদুগা চাংদম্নদুনা য়েংবদা য়াম্না খেন্ননা লৈ।

খূদম অমত্তং-

তোড়ি রাগ হিন্দুস্থানীদা, সা, রে়, গ়, র্ম, প, ধ়, নি, সম্পূর্ন জতিনি। রে় কমল, গ় কমল, র্ম কড়ি-মধ্যম, ধ় কমল হায়রিবা সুরশিং অসি তোড়ি রাগগী মশক্নি।

**মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন-**

তোড়ি রাগ, সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, শুধ স্বর ঙাক্তা শিজিনৈ। রে় কমল, গ় কমল র্ম কড়ি মধ্যম ধ় কমল অমত্ত য়াওদে।

হিন্দুস্থানী শৈশকপা কাঙবুনা অঙকপা পোকই। পোকশনু, মরম খরদি লৈফম থোকই। কূপ্লা নৈনফম থোকই, ঙসিফাওবা নৈনবা উজদ্রি মসিগী মরমসিদা।

ঐগী মত ওইনা নৈনজবা তারবদি অসুম্না নৈনজনীংই। হিন্দু ধর্ম্ম লৌরে, ৱারী ৱাখোং ঈশৈ ময়েক্ল চিংবা সংস্কৃত, অরিবা বাঙ্গলা, ব্রজবুলী, লোনশিং অসিনা মহুৎ শিল্লে। মীতৈলোন্না শকশোনবা ফাওবা মাংঙি হায়ব ফাওবা লৈখ্রে।

হিন্দুস্থানী রাগগী অঙ্গদা ঈশৈ শক্তে হায়দুনা লাইগুরুশিংবু হহনা য়েংবা লানগনি। পৃথিবী ফাওরবা জগোয়, ঈশৈ, পুঙ, মগুণ লৈরবা লাইগুরুশিং অসিনা শেমদুনা থম্বীরম্লীবনি। মগুণ লৈরবা লাইগুরুশিং অদুনা করিগীদমক্তা হিন্দুস্থানী শৈশক হৈরোয়দৌরিবনো? হিন্দুস্থানী শৈশকতা শকপিরমদবা ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।

পারি-পুরিগী শৈহেক-শৈদা মাঙদনবা তুংলমচৎকী লীক্লম কায়হৌদনবা থম্বীরবা শৈশকনি। মপাললমগী রাগগী মমিং লৌদবা য়াদদনা লৌরবসু, শৈশকতি মীতৈগী য়েলহৌঙৈগী পারি-পুরিনা থম্বীরম্নবা শৈশক- নাহৈরোল, শিকপলোন,হুইকপলোন, জাৎ, লমইন, হিরিপাবোৎ, হিরি থাংয়ৈ, অসিনা য়ুম্ফম ওইরগা শেম্বীরম্বা লীক্লমনি, মরম অসি লৈবনা হিন্দুস্থানী লীক্লম ঐখোয়ন শিজিন্নদে। অসুম্না নৈনবনা অচুম্বা মীৎয়েং ওইগনি।

**জগোয় মপোপ-**

শ্রীমদ্ভাগবতকী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী পেন্নবগীদমক্তা মপূং ফানা চপচানা রাসকী থৱায় হাপতুনা শান্নরকইবা মফমদি, জগোয় মপোপ হায়ন খঙনরিবা মফম অসিদগীনি। রাসকী মনুংদা য়াম্না ফজবা তঙ্কক অমনি। গোপীশিংনা কোয়না পরেং লেংথোক্তুনা, গোপীশিংনা কৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু রাগ হৌদুনা শাগৎলি চান্নবা বাহন শক্তুনা রাস হৌরকই। করিগী রাগ অমুক হৌরিবা? রাসকী মপুঙ শাগৎফম তাঙ্কক মফম অমা ওইবননি। কৃষ্ণ অভিসারদি গোপীশিংগী নীংবা থুংহনগে হায়না কুঞ্জদা থুংলরিবনি। গোপীশিংসু ইবুঙোগা সঙ্গ ওইনবগীদমক কুঞ্জদা থুংলরিবনি। গোপীশিং পরীক্ষা য়েংলবদা কৃষ্ণনা পেনবিরদুনা রাস হৌরক্লবগী মফম তাঙ্কক অচৌবা মফম্নি হায়বা খঙনবগীদমক মপোপ হায়বা ৱাহৈ অসি শিজিন্নবা ৱাহৈনি। মপোপ মতাং ফজবা নুংগী ভাব ফোঙদোকপা, প্রকৃতিগী ফজবা কয়াবু শৈথাবা, ইনখৎলক্লিবা যৌবনগী পুন্সিগী তাঙ্কক য়াওবা মপোপকী জগোয়নি। জগোয় মপোপকী মমাঙদা রাস লীলা হৌবা অমত্তা য়াওদে।

**জগোয় মপোপকী গুণ খরদং:-** রাস মপূং অমা হৌনবগী মগুণ হাপ্পুনা হায়বদি লীলা মপুঙ ফানবগিদমক ইবুঙোগী রুপ, রাগ হৌদুনা শাগৎলিবনি গোপীশিংনা। মূর্ত্তি শাগৎপা লোইরদুনা ইবুঙো ইবেম্মা, গোপীশিংনা কোযশিন্দুনা পূন্না জগোয় শামিন্নবা মফম, তাঙ্ককনি। নুঙাইবা ফোকদোকপা, বৃন্দাবনগী ফজবা, কুঞ্জগী ফজবা, হৈরাং-লৈরাং, ৱাহোং, তেনৱা, খোইমুগী মপৈ, কোকিলগী নুংশিবা খোন্থাং, মলয়াগী ঈংলবা নুংশিৎ, ফজবগী ফজবা ঙাক্তা শরুক ওইবা মপোপ জগোয়নি। অসিগুম্বা বৃন্দাবনগী রাস লীলাবু মণিপুরদা শারদীয় মহারাসপু সংকীর্ত্তনগী মশক ওইনা অঙ্গ মরী থোক্লা তিনতান, রাজমেন, তাঞ্চপ, মেনকুপ হায়না খায়দোক্তুনা গোবিন্দদা কৎলি। নট সংকীর্ত্তগীসু অঙ্গ মরী অসি খায়দোক্তুনা গোবিন্দদা কৎলি।

রাসকী মপোপ হায়রিবা জগোয় অসিদনি, ইবুঙোগী গুণ অঙ্গ মরী অসি পুসিন্দুনা শেন্নমলিবনি।

তিনতান- দ্বাপুর য়ুগতা বৃন্দাবন্দা রাধা কৃষ্ণ অনীনা পূর্বব রাগদা শ্রীমতী রাধিকানা পুরুষ অহুমদা মন ইছ্ছা বড়িখি। পুরুষ অহুমদুনি তিন বাঞ্চ হায়রিবসি মসিনা ''তিন তান''বু খঙনৈ। কলি য়ুগতনা শ্রীগৌরঙ্গ মহাপ্রভুনা পূক্নিংদা ফাওখিবা ভাব অহুম অদুসু অমতনি। জগোয় মপোপতা ''তিনতান'' পুঙলোন অসিনা ইবুঙোগী অহানবা অঙ্গনি। অমনা বাঁংশী খোংলীবসু কৃষ্ণনি, চিত্রবৎ অয়েকপা লাই অসিসু কৃষ্ণনি, রাধানা কৃষ্ণগী নাম হেক তাবদা চীংনরম্বা কোকখিবা, থৱায় হকচাং কৎখিবা ভাব অহুম অসিসু তিন বাঞ্চ ''তিন তান''বুনি ইবুঙোগী অহানবা অঙ্গনি হায়না লৌই। জগোয় মপোপ্তা ফোংদোকই।

রাজমেন- রাধা কৃষ্ণ অনীনা য়েৎকা ওইবা য়ুগল ওইববু রাজ মিলন (রাজমেন) অনীসুবা অঙ্গনি। মসিনা জগোয় মপোপ্তা ফোঙদোকই।

তাঞ্চপ- ইবুঙো ইবেম্মা অনীনা সমপূর্না ওইরবদা বিশ্রাম (পোথাবা) তৌই। নামগী মশক্নি। "কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে" হায়বা শব্দ ফোঙদোকই। জগোয় মপোপকী মতাংদা তাঞ্চপনা অহুমশুবা অঙ্গগী ভাব অসি ফোংদোকই।

মেনকুপ- রাধা কৃষ্ণ পোথারুরবা মতুংদা রাধিকানা অমুকসু দর্শন তৌজে রস সম্ভোগ অমদি স্বাধিন অনীগী মফম্লি মধুর প্রেমগী মশক্নি। জগোয় মপোপকী মতাংদা মরীশুবা অঙ্গগী ভাব ফোঙদোকই।

য়েংশিনবিগদবা-

মেনকুপকী মহুৎতা চালিনা ওইনা শিজিন্নবসু চৎনৈ। (জগোয় মপোপতা) অদুবু চালী শিজিন্নবিরম্বনিনা চালিগী মতাংসু খর ফোংদোকচরি।

চালি- রাধা কৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংনা জগোয় শাবদা ঈংবা-মেঙবা, থোৎপা অকনবা অসিনচীংবা জগোয় অদুগী মওং শাথেক্না উৎলকপা মতমদা হকচাংগী মরু ওইবা পটি মরি চংই। (ফিদুপ মরি চংই)

১। খোঙ, (পাদ)

২। খুকউ, (জংখা)

৩। ফৈগন, (উরু)

৪। খ্বাং, (কটি)

মরী অসিনা লেঙলকপদা হকচাংগী (পটি) শরুকশিংগা ইরোয়ননা চৎমিন্নৈ। মসিবু "চারি" বা চালি হায়না কৌই। জগোয়দা য়াম্না মরু ওইবা পোৎশক্নি। অসিগুম্বা শাথেক মরীনা য়ূমফম ওইদুনা শাবা চালিনি মগুন য়াম্না লৈবা জগোয়দা য়াওদবা য়াদবা শাথেক্নি।

**অচৌবা ভঙ্গি-** ভাগ্যচন্দ্র মহারজনা য়াম্না মরু ওইনা লৌদুনা লিংখৎপিরম্বা মহারাস, বসন্ত রাস, কুঞ্জরাস মখন অহুমনা রাসশিং অসিগী ৱারী-ৱাথোং মপুঙ ফানা লীলা ওইনা গোবিন্দদা কৎপা মতমদা প্রসিদ্ব ওইবা জগোয়দি ভঙ্গি অসিদনি। মরম অসিদগী অচৌবা ভঙ্গি হায়রম্লিবনি। মমৈথংদা ভঙ্গি অচৌবা হায়না হায়নখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা ত্রিভঙ্গদা লেপ্লিবা ফিরেপ অমদি জগোয় শাবদা ওইবা মূর্ত্তিবুসু ভঙ্গি কৌই। অসিগুম্বা কৃষ্ণগী মওং-মতৌ মগুণবু গোপীশিংতনা তমদুনা শাবা পরেংনি হায়বগীদমক "পরেং" হায়বা ৱাহৈ অসি তপুনা "ভঙ্গি পরেং" হায়নসু কৌখিবগী মরমনি।

গোবিন্দদা অহানবা ওইনা কৎপিখিবা মহারাস অসি মকোকচিংবী, গোপী অতৈশিংনা কোয়শিন্দুনা ভঙ্গি অসিবু মরু ওইবা অচৌবা থৌরম ওইনা কৎপীখি। অদুগা প্রার্থনা ঈশৈ অমা কৎলগা আরতি কৎতুনা রাস লোইশিল্লি হায়না লাইগুরুশিংনা তাকপিরম্মী। মরম অসিদগী "অচৌবা ভঙ্গি" হায়না কৌখিবনি। রাস অমা কৎপা মতমদা ভঙ্গি য়াওদ্রবদি রাস চিংদে হায়না লাইগুরুশিংনা তাকপীরম্মি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কৎপীরম্লিবা রাস অসিবু মপুঙ মরৈ ফানবা লাইগুরুশিংনা ক্রম অমগী মখাদা ফজনা শেম্নকুনা ঙসি উররিবা রাসকী শক্তম অসি ওইররিবনি। ক্রম অসিগী মতুং ইন্না অচৌবা ভঙ্গিবু জগোয় মপোপ লোইরগা মখাদা পুথদুনা শাখিবনা মরম ওইদুনা "অচৌবা ভঙ্গি" বু মথক-মখা ওন্নোকপনা

''ভঙ্গি অচৌবা'' কৌরকপগী মরম্নি। ভঙ্গি অচৌবা কৌরকপগী মরম থোইদোক্না থিরুদে, খল্লুদে। অদুম্নদি ওইরগা হোংলকইবা মরম করিগীনো হায়বা মরম অমদি লৈফম থোকই। ঐগী মত ওইনা থমজবনি।

ভঙ্গীগী নুংগী ওইবা-ভঙ্গি হায়বা ৱাহৈ অসি Analyse তৌদুনা থুগাইদুনা য়েংলবদি মচাক খরদি ফংগনি। ভঙ্গি হায়বা ৱাহৈ অসি ভঙ্গ হায়বদগী লাকপা ৱাহৈনি। ভঙ্গ হায়বদি শম্না হায়রবদা মপুঙ ফাদবা মচেৎ-মকায় ওইবা অকায়বা হায়বনি। শ্রীকৃষ্ণগী লেপ্লিবা ফিরেপ্পু ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিনি। ত্রিভঙ্গ হায়দি লেপ্লিবা ফিরেপ মথেক অহুম্না পূল্লগা ওইরিবা মূর্ত্তি ফিরেপ্নি। অদুগুম্বা ফিরেপ অমা, অনীনা মূর্ত্তি শুদে, ফিদুপ অহুম সুরগদা ত্রিভঙ্গ হায়বা ফিদুপ অদু ওইরিবনি।

শ্রীকৃষ্ণনা লেপ্লিবা ফিরেপ অহুম অসিবু নুংগী ভাবতা ত্রিসন্ধ্য, মঙাং, লুৱাং, খুমন, মতম অহুম উহল্লি। নোংমা কৌবা মতম্বু শাগৎলি। পাম্বোংদা মতম কৌবা চগো (কাংখোং) দা মালেম লৈমনা নুমিৎপু য়েৎওইননা কোয়দুনা চহী অমা শাগৎলি। তাইবং নুংদা হকচাংদা পুসিন্দুনা য়েংলবসু ''পা'' ওইবদা থা অনী নৌ পুরে। মমা ওইবিগী খোইজি খাদা থা তরা নৌ পূরে। পুন্না থা ১২ না চহী অমা শাগৎতুনা মূর্ত্তি মপুঙ ফারদুনা তাইবং ফাওরকপগী লীখুনবুসু ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিনা উহল্লি।

লাইহরাওবগী লাইপৌ চোংবদসু ময়েক শেংনা তাক্লে। লাইপৌ চোংবা য়াওরিবিশিংনা জগোয় অহুম অহুমলক শারগা অমুমক লৈথোকই। অহুমলক শারিবগী নুংগী মীৎয়েংদা মতম কৌবা মঙাং, লুৱাং, খুমন নোংমা-নোংমা শাগৎপগী লীক্লম্নি। কনাগুম্বনা হায়বীবা য়াই, অহুম-অহুম শারগা লৈথোক্লিবা অসি জগোয় মান্ননা শান্ননবা, লৈবা মান্ননবা অহুম-অহুমলক শারিবনি হায়না।

পাউখুম ওইনা-মান্ননবা অহুম নৎত্রবদি য়াদ্রবরা? অনী-অনী শারগা নত্ত্রগা মরী মরীরক শারগা লৈথোকপদি য়াদ্রা? ঐগী মত ওইনা অহুম হায়বাসি মরু ওইবা মতম অহুমবুনি হায়না লৌবনা মীৎয়েং অচুম্বা ওইগনি।

অসুম্না লাইপৌ চোংবদা তাইবং হকচাং শাগৎতুনা অঙাংনা তাইবং ফাওরকপগী লিখুনবু লাইপৌনা ময়েক শেংনা উহনবি।

অসিগুম্বা লীক্লম অসিবু ওঝা লাইগুরুশিং পন্দিতশিংনা উবিদুনা ভঙ্গীগী জগোয় শেম্বীদুনা গোবিন্দদা কৎপিখিবনি। ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি শাথেক অহুম্না মতম কৌববু তাকপিবনী। মতম কৌবা অসিগী মনুংদা জীব পুম্নমক পোকই, জীব পূম্নমক হিংঙি, জীব পূম্নমক শি। জগৎ সংসার অসি ঐঙোন্দগী হৌথিবনি হায়বা খঙনবা লোংলৈ জগোয়না তাকই। উপলৈ জগোয়না তাইবংপান লীলা লোইরবদা ঐঙোন্দা অমুক হঞ্জিল্লি হায়বগীসু ভঙ্গি জগোয়না ময়েক শেংনা উহল্লি। রাধা কৃষ্ণনা অনীমক্লা একদেহে অমত্তা ওইনা যুগল ওইখ্রবদা গোপী ময়াম্না ইবুঙো ইবেম্মা অনীবু কোয়শিন্দুনা ইবুঙোগী রুপ মূর্ত্তিবু ভঙ্গি শাদুনা গুণবু ফোঙদোক্লি।

গোপীশিংনা কৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিবু য়েৎতা অমুক শাই, ওইনা অমুক শাই, মসিগী নুংগী ওইবা ভাবতি, ইুবঙো মহাক্তি পা, পী অনিমক ওই হায়বা উহলি। মসিগীদমক ভঙ্গীগী অহৌবা শরুক জগোয়না উৎলি।

গোপীশিংনা ওইগী খূৎ তিংথোক্তুনা থংনরিবা গোপী লেংবান্দা থমদুনা কোয়না চৎপা, খুৎ য়েৎনা, নামনা ইবুঙো মঙোন্দা চঙজবগী জগোয় শাদুনা টাক খিত্ত থেন। টাক থেন তা চৎলিবা অসিগী

নুংগী ওইবা ভাবতি থৱায়গী মশক ওইরি ইবুঙো মানা তাইবং জীববু থাদোক্লুনা চৎখিদনবা ফোঙদোকপনি। জগোয় অসি ভঙ্গিনা উৎলি।

ভঙ্গি জগোয়দা চক্র লৈবী য়াওরিবা অসিগী নুংগী ওইবা ভাবতি, জগৎ সংসার অসিদা লেংলি-পালিবা জীব পূম্নমক মতম কৌবা চক্রদা লৈদুনা মানা-মানা তৌজবা ফল ফংদুনা পুন্সি লোম্বা ঙাইদুনা মতম কৌবা চক্রদা হিংদুনা লৈববু উহল্লি।

জগোয় খূৎলোন খূদিংমকী নুংগী ওইবা অর্থ পীদে। পুঙলোনগী মতুং ইন্নসু শেম্মী। চাওরাকপা ভাব রস ফোংদোকপদনি। অর্থদি য়াওদবা, য়েংবদদি ফজনবা হকচাংগী শাথেক-শাওং খুৎথেক-শাথেক্লা পুঙলোনগী চন্নবা শাবা, নৎত্রগা জগোয়দুগী চন্নবা য়ৈদুনা শাবা অসিগুম্বা জগোয় কয়া অমসু মণিপুরি জগোয়দ নত্তনা জাতি খুদিংগী ওইনা লৈ। মসিবু ''নৃতহস্ত'' কৌই।

চক্র লৈবী অসিগী তোঙান-তোঙান অর্থ ভাব কয়া লৌনৈ। খরা নৈনজরি। ভঙ্গিদা খোং য়েৎনা কোয়না চক্র লৈরিবা অসি কনাগুম্বা ওঝাশিংনা তাকপিবদা ইবুঙো-ইবেম্মা গোপীশিংনা রাস লীলা শান্নবদা ''কামগী'' ঈথক হৌরকপনা মরম ওইদুনা হকচাং নুংগী ''বৃজ'' তাখিবদগী ঈকায়বদগী লৈমায় থক্ত খোঙনা তৈথোকপনি অসুম্না অর্থ ভাব লৌনবসু য়াওই।

কনাগুম্বা ওঝাশিংনা অসুম্নসু তাকপী। ইবুঙো ইবেম্মদি যুগল ওইনা ময়ায়দা লেঙশিন্দুনা লৈবনি। জগোয় শাবদা হায়বদি ভঙ্গি শাবদা ইবুঙো-ইবেম্মা য়াওদে। গোপীশিংতনা শাবা ভঙ্গিগী জগোয়নি। গোপীশিংনা শারিবা জগোয়দি অমকপা য়াওদ্রবা সিদ্ধি ফংনবা, শ্রীকৃষ্ণদি মায়ানা কূপশিনবা লৈতবা পরমব্রহ্মনি। শান্নরিবা লীলা অসিদি পানগী ওইবা যুম্ফমদা নুপা-নুপী ওইবগী লীলা ওইনা উহনবনি। নুংগী ঈচেন্দা অমকপা ভাব অমৎতা য়াওদে। মপুঙ ফারবা মহাভাবকী মশক ওইবা প্রেমানন্দগী লীলানি লীলা অসিনা গোপী ভাবতা সাধনা তৌজদুনা প্রেমানন্দা ফংজনবগী নুঙাইবা ভাব অদু ভক্তশিংদা উৎপনি। মরম অসি লৈবনা চক্র লৈবী জগোয়না কামগী অদুগুম্ব ''বৃজ'' অদুবু তৈথোকপা নত্তে হায়না লৌবা ভাবনা অচুম্বা মীৎয়েং ওইগনি।

কনাগুম্বা খরনা অসুম্না ফোঙদোকপা য়াওই। গোপীশিংনা খোঙনা চক্র লৈরিবা অসি, কৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান তৌখ্রবদা গোপীশিংনা কৃষ্ণবু নাপীশিংবী মখোংনা হাইদোক্লুনা থীবনি হায়বা ফাওবা য়াওই।

ঐগী মত ওইনা মসি অরানব মীয়েংনি ওন-তৈনবা ভাবতা পুহননীংদে। ভঙ্গিদি ক্রমগী মতুং ইন্না জগোয় মপোপ লোইবগা শাদোকখ্রে। অদুগা কদায়দগী অন্তর্দ্ধান পুশিল্লক্লুনা ভঙ্গিগী চক্র লৈবীনা কৃষ্ণ কমদৌনা থিগদৌরিবনো? মহারাসকী অন্তর্দ্ধান কৃষ্ণ মাঙবগী মতাং গোবিন্দগী ক্রম মতুং ইন্না গোপী লেঙখোক্লুনা তিনতান, মেন, তাঞ্চপ, চালি, জগোয় শাগনি। (গোবিন্দগীদি জগোয় মপোপ হায়নদে) খুলক্কীদি তান মরী অসিবু মপোপ জগোয় কৌই।

হায়রিবা তান মরী অসি লোইখ্রগা ''অচৌবা ভঙ্গি পরেং শাগনি। ভঙ্গি পরেং লোইরগা, দুইতান, তাঞ্চপ অমসুং চালি তাগনি। হায়রিবা জগোয়শিং অসি লোইরগা অন্তর্দ্ধান তৌগনি।

খুল্লক্কী মহারাসকী অন্তর্দ্ধান,(কৃষ্ণ মাঙখিবগী) ক্রম মতুং ইন্না ভঙ্গি শাখ্রবা মতুংদা, কৃষ্ণ নর্ত্তন, রাধা নর্ত্তনগী মতুংদা গোপীশিংনা কৃষ্ণ রুপ ঈশৈ (উপগীয়) হায়বা অদু শক্লগা কৃষ্ণ অন্তর্দ্ধান তৌগনি। মতুংদা লাকপা অন্তর্দ্ধান কৃষ্ণ মাঙখিববু, আ মথক্তা শাখ্রবা ভঙ্গিগী চক্র লৈবী জগোয়গী খোঙনা,

গোপীশিংনা হাইদোক-হাইদোক্তুনা খোৎ-খোৎতুনা করম্না কৃষ্ণ থীগদৌরিবনো? করিগুম্বদা ভঙ্গি অচৌবা জগোয়বু মপুঙ ফাবা মহারাসনি হায়না লৌবা তারগদি লেমহৌরিবা রাসশিং বসন্ত রাস, কুঞ্জরাস, নিত্য রাস অমসুং দিবারাস হায়রিবা রাস মরীসিমক ভঙ্গি অচৌবা য়াওদবা য়াদে। ভঙ্গি অচৌবা য়াওবনা মরম ওইদুনা মথক্ত পঞ্জরিবা রাস মখল মরী অসিসু মহারাস ওইফম থোকত্রবরা?

খুজেং লৈবী-খুজেং লৈবী জগোয়গী নুংগী ভাবতি, মপু মানা শেম্বীবা তাইবংগী লীলাবু মপুঙ ফানা মতোন লোম্না, মানা-মানা তৌজরকপা কর্ম্মগী মহৈ, মতোন লোমলে শান্নজরে। অরোয়বা মতমদি মপূ মহাকপু নীংশিংজরক্লে। মপূ মঙোন্দা পা,পী, অনীগী মশক লৌদুন খূৎ-য়েৎ, খূৎ-ওই অনীনা থম্বাল লৈয়োম শাদুনা খুজেং লৈদুনা ইবুঙো মাগী মখোঙ থম্বালদা খুরুমজবা চঙজবগী ভাবপু খূজেং লৈবী জগোয়না ফোঙদোকইবনি। ভঙ্গিগী মপুঙ ফানবা জগোয়নি।

**চম্প্রা ওকপী জগোয়-** চম্প্রা ওকপী হায়বসি চপ্‌প ওকপী হায়বা লোন অসিদগী লাকপা লোননি। চপ্‌প হায়বদি পূক্লিং হকচাং চপশনবা control তৌববুনি (খূদুমচনবা) করিগীদমক? ঈশ্বর মাবু ফংনবা, নোল্লুকপা, থাজবা, ঈংথবা, পুকচেনতিংবা, নুংশি হৈবা, ব্রাখল ব্রাংবা, খঙবা, পেম্বোকহৈবা হায়রিবা গুণ নিপান অসি খুদুমচল্লগা হায়বদি ফত্তবা পুক্লিং ব্রাখন অসিবু চপশিন্দুনা থম্লগা ঈশ্বর মাগী খুয়া থম্বাল য়ৌজবা ঙম্মী। লাইনীং লীচৎ লম্বীনি। হকচাং তম্ফা (মহিরেন) বু য়োক্তুনা লব্রাই লেনফু তম্না পুখৎপা ঙম্মী, খূৎ, য়েৎ, ওই, অনীনা শিন্ন-শিন্ননা ওক-ওক্তুনা জগোয় শাই। থম্বাল লৈয়োমগী মওংদা শাই। অওকপা ফংবগুম ফংঙে, হায়বগীদমক চপ্‌প ওকপী হায়বদগী চম্প্রা ওকপী হায়খিবনি। চম্প্রা ওকপী জগোয়না ভাব অসি ফোঙদোকই।

পণ্ডিত শ্রী মোইরাংথেম চঁন্দ্র সিংহ ওঝা ইবুঙোনসু অসুম্না ফোঙদোকপি। ভঙ্গি পরেংদা য়াওরিবা চম্প্রা ওকপী, চম্প্রা খায়বী, লাইহরাওবগী মনুংদা য়াওরিবা পাম্বোইবীনা নোংপোক্তা লান্ননবা হৈ হেকপা, খায়বগী খূৎথেক্তগী শেম্বনি। লশিং কাপ্পী, লশিংমনবি, লাইবৌ ফিশা জগোয় ঘাৎ তাব, চক্র লৈবী, ফিবুল ওকপি অসিনচিংবা কয়া লাইহরাওবদগী লৌবনি, ফোংদোকপী। ঐগী ঐগী মতনি। ফোকিক এলিমেন্ট মচাক কয়ানা পূনশিন্দুনা শেম্বা ভঙ্গি পরেংগী জগোয়নি।

**ভঙ্গ অমসুং ভঙ্গি কৌবগী মরম নৈনজবা-**

চৎনবী হায়বা অসি অসুক্কী মতীক লুখ্রে। চৎনবী হায়বা অসি কায়দনা চৎলবদি অসুক্কী মতীক লায়খ্রে।

কনা, কনাগুম্বা ওঝাশিংনা, ভঙ্গি বু ''ভঙ্গবলি পরেং'' কৌদুনা লাইরিক ফোঙদোকপিরকপা য়াওরে। পরম্পরাদগী লাইগুরু ওঝাশিং অমদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ য়াওনা ''অচৌবা ভঙ্গি'' পরেং হায়না কৌদুনা চৎনরকপদগী ভঙ্গি অচৌবা অমুক কৌনরে। মসিগী মরমদা মথক্তা খরা নৈনখ্রে। অদুবু ''ভঙ্গ বলি'' হায়বা ব্রাহৈ অসি খাঙুথক্তা কৌরকপনা চমম্‌নবা অমা ফাওনরি। লাইগুরুশিংনা কৌবিরম্বা মিং অসি লাল্লি হায়বিগদৌরিবরা?

জগোয় তৌবিরিবশিংনা নৈনফম থোকই। ভঙ্গি হায়বা মিং অসি ঙসি ফাওবা চৎনবিনা পুন্দুনা অহোংবা লৈত্রি। অইবা ঐগী মত ওইনা ভঙ্গি হায়না কৌরম্মীবা অসি য়াম্না চুম্না কৌরম্মী হায়না থমজগে। মথক্তসু পঞ্জখ্রে। ''ত্রিভঙ্গ'' হায়বা ব্রাহৈ অমা। ''ত্রি'' হায়বদি অহুম হায়বনি। মসি লৈখিসনু, ''ভঙ্গ''

হায়বা ৱাহৈ শব্দ অসিদগী ভঙ্গি হায়বা ৱাহৈ অসি পোক্লকই, থোরকই। ভঙ্গ হায়বদি কৃষ্ণদা ওইবা মশক্তি। অসিগুম্বা ''ভঙ্গ'' শকফম অসিবু গোপীশিংনতা (নুপীশিংতনা) কৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু শাগৎতুনা জগোয় শাই। নুপীতনা শাবা জগোয়নি হায়বা খঙনবগীদমক ভঙ্গি হায়না কৌথিবনি হায়জনিংই।

খূদম অমতং- ছাত্র হায়বা ৱাহৈ অসি মহৈ তম্লিবা, তম্লিবী নুপা, নুপী অনীবু খঙনবা common ওইবা ৱাহৈনি। অদুবু ঐখোয়গী লৈপাক অসিগী চৎনবিদা ''ছাত্র'' হায়রগা মহৈ তম্লিবা নুপাবু খঙনৈ। ''ছাত্রী'' হায়রগনা মহৈ তম্লিবী নুপীবু খঙনৈ। মসি ঐখোয়গী চৎনবীনি। মপান লমদা মণিপুরগী ৱাংমদা মহৈ তম্লিবা নুপা, নুপী অনীবু ছাত্র হায়রগা খঙনৈ। ঐখোয়গা য়াম্না খেন্নৈ। ফি শুমবা, য়েঙ্গাং শোইবা ফাওবা হেক খেন্নৈ। মসিবু করম্না লাল্লি হায়গনি। চৎনবিনা চৎনখ্রবদি অচুম্বা হায়বদো ওইরে, য়াম্না লায়রে গোপী নুপীশিংতনা কৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু শাগৎলি হায়বগী স্ত্রিলীঙ্গদা ''ভঙ্গি'' কৌরিবনি। লাইগুরু ওঝাশিং পণ্ডিতশিং নিংথৌ য়াওনা কৃপ্পা তান্নরগা থোনবা লীক্লম চুম্লবা মিংথোলনি হায়জনীংই।

## রাসধারি অমসুং সূত্রধারী অনীগী লীকলম।

মণিপুর সেমিনর নৈনখিবা শরুক ১৯৭১ ইং, রাসকী মতাং লমাই ১৯৫ গুরু প্রনালিকা মথং-মনাও ফোংদোকই। সূত্রধারী ঈশৈ শকপীশিং করম্বা মতম, করম্বা নিংথৌ হাক্তা রাসতা সূত্রধারীনা ফমদুনা ঈশৈ শকপা হৌদোকখিবগে হায়বা চপচানা প্রনালিকাদা য়াওদে, খঙবা ঙমনদে। জগোয় তম্বীবা রাসধারিগীদি প্রনালিকা মথং-মনাও কায়দনা লৈ। সূত্রধারিগী মরমদি নৈনবা য়াওদে।

সূত্রধারী ঈশৈ শকপী অসিগী ইতিহাসকী ৱারী থিবদা অৱাবা অমা ওই। হুজিক হুজিক জগোয় তৌবিরিবা ইচিল-ইনাওশিংনা থিজিনবিবা ফৈ। ঐনা থিজিঞ্জবা শরুক খরদি লাইরিক ফোংবদা হাপচরি অশোয়-অরান খিবিক তান্নশি ঐগীসিনা মচুমলে হায়বা লৈজদে লৈবাক্কী ওইবা ইতিহাসনি।

অহানবা রাস হৌদোকপা মতমদা মকোচিংবী, গোগীশিং ময়াম্না হৌগৎতুনা ঈশৈ শক্ল-শক্লগা জগোয় শাবা ওইনা চৎনরকপগুম তৌই।

সার চুরাচাঁন্দগী মতম বড় সাহেবকী বঙ্গলোদা শান্নখিবা নৃত্য রাসতা ১। সূত্রধারী সনা ইবেম্মা অমুস্না-না সূত্র শকপী অহানবীনি। মসিগী মমাঙদা সূত্রধারি অমতা থিবা ফংজদে। ঐগী অশোয়বা ওইবসু য়াই।

অনীশুবা সূত্রধারী, গোবিন্দগীদমক্তদি অহানবা সূত্রধারি ওইবি:- ২। লৌরেম্বম ইবেচাওবী দেবীনি। (ৱাইখেদগী)

সূত্রধারী মথং-মথং

৩। থৌরানী কুমারী (সগোলবন্দ মাইস্নাম নোংথোম্বা লৈকাই, হৌজিক্লা মৈনো লৈরক)

৪। লাইশংবম ওংবী নম্বোল ইবেনী দেবী (লৈশংযাত্রাগী মমৌনুপী অহন্নি, ওইনাম থিঙেন্দা লৈবিনী)

৫। নম্বোল পীশক দেবী ( ইবেনী, পীশক, লম্বানি)

৬। ইমাবোক ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী (সগোলবন্দ মাইস্নাম নোংথোম্বা লৈকাই)

৭। অবোক লৌরেম্বম তোম্বী দেবী ( মোইরাং লৈরক শগোলবন্দ )

৮। সনবম ইবেচা দেবী

৯। ইবেমপিশক দেবী (বোকুল মখোং)

১০। ভানু দেবী (চীঙাখম লৈরক)

১১। খোংজাও মখোঙ মায়পাকপী দেবী ( ব্রাংখৈদা লৈবী)

১২। মনাও ইবেম্মা মঙ্গী দেবী ( নিংথেম ওংবী গোবিনন্দগী রাসতা সূত্রা মকোক ফম্বীনি কোনুং লৈকায়)

১৩। বামোন থম্বালমরিক দেবী (চীঙা মখা, ইমাবোক ক্ষেত্রিতোম্বীগী লম্বানি)

১৪। রজনী দেবী (চীংমৈরোং)

১৫। লৈরিক দেবী

১৬। খুলেম ওংবী লৈপাকলোৎপী দেবী (নাওরেমথোং)

ঐনা খঙজবা খর ইজবনি চীৎথহৌবা লৈরমখিবা য়াই। মসি গোবিন্দগী সূত্রধারী ওইনা লৈবিবনি। খুল্লক্কীসু অদুম সূত্রধারী ওইবিবা ঙকনি।

খুল্লক্কী সূত্রধারী য়াম্না লৈখ্রে

১। নোংথোম্বম ওংবী ৺কামিণী দেবী (কৈশামপাৎ মুতুম লৈরক)

২। তোইজম নিঙোল মযেংবম ওংবী ৺চন্দ্রজিনী দেবী, দিবা রাসকী সুত্রধারি অহানবনি (কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই)

৩। ব্রজবাশীময়ুম ওংবী থৌরাণী ইবেতোম্বী দেবী (অজ্ঞা থাগুধোনগী থৌরানী, ক্বাকৈথেল)

৪। নিঙোম্বম মাধবী দেবী

অসিনচিংবনি।

খরা লাপ্পা মফমদসু য়াম্না লৈখ্রে লোইনা লৌখৎচদ্রে।

পঞ্জখ্রিবা সূত্রধারীশিং অসি ৺কুলচন্দ্র মহারজ, ৺চূরাচান্দ মহারাজ অমসুং ৺বুধচন্দ্র মহারাজগী মতুং ফাওবদা মথং-মথং মমীং লৈরবী সূত্রধারী ঙাক্তনি।

## রাস ফম্‌শক

রাস ফম্‌শক:- রাস ফমশক অসি হুজিক্কী মতমদা য়াম্না চৎনরে। রাস অসি করম্না হৌরকখিবগে হায়বগী মরমদা খরদং ইজরি। ''কাংঙবম লৈকায়'' হায়রিবা লৈকায় অসিদা ''নাম পালা'' হায়বা নুপীতগী ওইবা ইমা-ইবেনশিংনা লিংখৎপিখি। ইমা-ইবেনশিং অসিনা চহী-চহীগী ওইবা চৈরাওবা হায়বা থৌরম অসিগা মরি লৈননা অহোরাত্রী হাযদুনা হেক-হেক পাংথোকই। হায়রিবা অহোরাত্রী অসি ইমা-ইবেনশিং অসিত নত্তনা ''মোনোহরশাই'' হায়রিবা সংস্থান অসিগা খূৎশম্নদুনা চহী খূদিংগী লেপতনা চৎথরল্লি।

চৎথরল্লিবা মফম মাগুবতি ''কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই'' শিজগুরুময়ুমগী অজ্ঞা তোলেনগী মাগুবতনি। অহোরাত্রী অসি অহীং লেপতনা নাম শোন্দুনা চৎথবা ঈশৈগী থৌরম্নি। থৌরম অসিদা ইমা-ইবেননা লিংখৎপিরিবা নাম পালা হায়রিবা পালা অসিসু নাম শোন্দুনা চাউনা শরুক য়াজরিবনি। মতম খরগী মমাঙদা পৃথিবীগী ওইনা গ্রহ মাপন পুনবা পৃথিবীশি করম থোক্লগদগে হায়না মীপূম খুদিংনা য়াম্না নুংনাংবা মতম অমা ওইখি। ঐখোয়গী ইণ্ডিয়াগী মফম খুদিংদা নাম শোনবা, যজ্ঞ তৌদুনা অৱা-অনা কোক্লবা থৌরম কয়া পাঙথোকখি। ঐখোয়গী মণিপুরগী ওইনা খ্বাইরমবন্দ মপান কাংজৈপুঙদা মাগুব চাউনা খন্দুনা ''নাম'' শোনবগী থৌরম চাউনা পাঙথোকখি। থৌরম অদুদা কাংঙবম লৈকায়গি নাম পালাসু শরুক য়াখি। চহী অদুমক্তদা অহোরাত্রী কৎপগী মতম য়ৌরক্লবদা নাম পালাগী ইমা-

ইবেনশিংনা কূপ্না খন্নদুনা রাস ওইনা জগোয় য়াওদনা ঈশৈ ওইনা নাম শোনবগী মওংদা কৎলশি হায়না লেপ্নখি। অহোরাত্রী অহীং, চৈরাওবা নুমিৎ অসিদা ইমা-ইবেনশিং পুঙৌফনেক শেৎতুনা মণ্ডিলা পায়দুনা রাস মণ্ডলগী মওংদা কোয়না ফমদুনা অভিসারগী মতমদা মণ্ডিরদগী গোবিন্দা লেঙথোক্তুনা রাসকী নিয়ম কায়দনা রাস ফমশক ওইনা কৎখি। শজিবু পুর্ণিমা য়ৌদ্রিবনা মরম ওইদুনা কৎলিবা ''রাস'' তি নৃত্য রাস (নিত্য রাস) ওইনা কৎলি। শোক ১৯৬৭ ইং দগী ১৯৬৯ ইং ফাওবগী মনুংদা ফমশক রাস অসি হৌদোকখিবনি। চপ চাবা শোক তারিক খঙজদ্রে খিজিঞ্জরি।

রাস অসি মরুওইনা কোংগ্রাইলাকপম ৺লালা শর্ম্মনা তশ্বী। (কাংঙবম লৈকাই)।
রাসধারী তুংইনবা- ময়াংলম্বম ৺চাউবা সিংহ (নাগা মপান কংজাবি লৈরক)
সূত্রধারী ঈশৈ শকপীশিং- নোংথোম্বম ওংবী ৺কামিণী দেবী
সূত্রধারী ঈশৈ দুহার- ময়েংবম ওংবী ৺চন্দ্রজিণী দেবী (দিবা রাসকি সুত্রধারি অহানবা)
মরুওইবা পালাশিং খুলেম ওংবী লৈবাকলোৎপী দেবী
অতৈ নাম পালাগী ইমা-ইবেনশিং অসিনা পালা ওইদুনা অহানবা রাস ফমশক অসি হৌদোকপিখী।

**''জয় ভায়'' লৌবা লৌদবগী মরম।**

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী হাক্তকতগী ঙসি ফাওবা রাস শান্নবা লোইরগা ''জয় ভায'' লৌনরক্তে। কনাগুম্বশিংনা ''জয় ভায়'' লৌগদবনি। জয় ভাযনা লোইশিনগদবনি হায়না মত য়াম্না ফোঙদোক্লে, মরৈ ফাওবা য়েৎনৈ। ''জয় ভায়'' লৌনবসু য়াওই। মানা-মানা তৌনিংবা তৌবা, বিচার তৌবিনবা লৈতবারোমদা চংশিন্নরক্লে। মসি কূপ্না খিজিনবা চংই।

ঐহাক্কী মত ওইনা খঞ্জবদি ''জয় ভায়'' লৌফম থোক্তে হায়জনীংই। লাইগুরুশিংনা ঙসি ফাওবা রাস লোইরগা ''জয় ভায়'' লৌনরক্ত্রি। মরম খরদি লৈফম থোকই। মরমশিং অদু অসি ওইবা য়াই।

মথক্তসু হায়জম্লে দ্বাপুরগী যুগতা শান্নখিবা রাস লীলাদা মহাদেবনা গোপী শাদুনা, গোপী মরক্তা চঙলুবা, কৃষ্ণগী বাক্য মতুং ইন্না কলিদা অবদ্বৈত ওইদুনা পোক্লরে। শ্রীকৃষ্ণনা হায়বিখিবা য়াথংগী মতুং-ইন্না কলি যুগতা রাস লীলানা সংকীর্ত্তন মশক লৌদুনা শান্নরনি হায়বগী মতুং ইন্না সংকীর্ত্তননা রাসকী মহুৎ শিন্দুনা নাম য়েল্লে।

মণিপুরদসু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কলিদা রাস লীলানা সংকীর্ত্তনগী মশক লৌদুনা নট সংকীর্ত্তন নুপা পালা লিংখৎলে। কলিগী সংকীর্ত্তনদি রাস লীলাগী মশক লৌরবনিনা নিপা পালানা হান্না শক্লগা দ্বাপুরদা শান্নখিবা বৃন্দবনগী রাস লীলাবু নীংশিংদুনা বৃন্দবনগী ভাবতা পুসিন্দুনা ঈশৈ শকপশিংনা ''বৃন্দাবন বর্ণন'' শক্লগা বৃন্দাবন ভাবিদা শৈশিন থনম্লিবসিনা তাক্লে দ্বাপুরদা শান্নখিবা রাস লীলাবু নীংশিংদুনা শান্নবা য়ানবা বৃন্দাবন বর্ণন ভাবিদা শৈশিন থন্নম্লিবনি। দ্বাপুরদা শান্নখিবা রাস লীলানি খনগনি । মরম অসিদগী জয় ভায় লৌদবনি ।

অরোয়বা ওইনা-




অরাল অহুই ঙাকপিয়ু,
অশোয় অরাল তাকপিয়ু,
ফিগাও শানা য়াজারি। ।।ত।।
লোইরবা

# অইবগী শম্নপা পুন্সি ৱারি।



| | | |
|---|---|---|
| মি ` | : | মাইস্নাম কামিণিকুমার সিংহ |
| ৌফম | : | সগোলমন্দ কাংঙবম লৈকাই |
| পোকপা চহী | : | একাদমিক এজ, ০১-০৫-১৯৪৭ ইং |
| | : | কোষ্ঠিগী অশেংবা পোকপগী চহী তাং ১৩-৮-১৯৪৪ ইং, নোংমাইজিং |
| অপোকপা | : | মাইস্নাম তোম্বীস্না সিংহ |
| অপোকপী | : | ওইনাম নিঙোল মাইস্নাম ওংবী মঙ্গী দেবী |
| Academic Qualification | : | Matriculate(Second Division) 1966 লোয়ননা P.U.C. Modern College তমখি। |

লোইন-লোইননা অঙাং খরা ওইরিঙৈ Class IV দগী হৌদুনা জগোয় তম্নকখি। 1957 দা Manipur Dance College কৌরিঙৈ ''রাইনা'' না কমিস্নার ওইরিঙৈ মতম, জোনোষ্টন হায় স্কুলদা Dance College অসি লৈরম্মী। Dance College অসিদা মিং চন্দুনা জগোয় তম্বা হৌরকখি। Second year ফাওবা তম্নমলগা হিন্দুস্থানী ক্লাসিকেল অমুক তমখি। মতম অদু Music College লিংখৎত্রি, গুরুকুল ওইনা তমখিবনি। লোয়নননা এরিয়ান থেয়টরদসু ড্রামাগী আর্টিশ ওইনা য়াওরম্মী।

Manipur Dance College না খুয়াথোংদা হোংলক্লবদা ''নেহরু'' জিবু ইকায় খুম্নবা ওইনা ''জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমী'' হায়না কৌখরে। মতম অদু ''মহারাজ কুমারি বিনোদিনীনা (M.K. বিনোদিনী) Secretary ওইবিরম্মী। Scholarship কী ছাত্র ৫ (মঙা) খনবদা ঐহাকসু য়াওজখি। (মসিনা অহানব ষ্টাইপেন পীবা চহীনি)

1973 দা ডিপ্লোমা পাস তৌজখি। (ডিভিজন খায়রমদে)

1975 দা Post Graduate তা খ্বাইদগী অহানবা রাস সবজেক্তা পাস তৌখিবা ছাত্র অমা ওইজখি।

মণিপুর State Kala Akademi গীসু খ্বাইদগী অহানবা রাস দা Scholarship ফংখিবশিংগী মনুংদা অমনি।

1976 ইং, জুন থাদগী Jawaharlal Nehru Manipur Dance Academy গী ওঝা লৌবগী ইন্টরভিয়ুদা মায় পাকচদুনা Ras সবজেক্তা এসিষ্টেন Teacher ওইনা থবক চঙজখি। ওঝা ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা লাইরিক অনী ইজদুনা Dance Academy অসিনা ফোঙদোকপীখি।

2010 ইং দা হন্দক্তা ''মণিপুরী জগোয় মহারাসকী পুঙলোন অমসুং নৈন-কাঙলোন'' কৌবা লাইরিক অমসু পুথোকচরে।

**ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ-**

1. রাস শৈরেংগী পুঙলোন (নিত্য রাস, অমসুং বসন্ত রাস)
   By J.N. Manipur Dance Academy in the year 1987
2. মণিপুরী রাস শৈরেং (Maharas, Kunja Ras, Basanta Ras and Nityaras) ওঝা অহুম পুল্লগা পুথোকচবনি। (Post Diploma গী সেলেবসনি)
   মণিপুরী জগোয় মহারাসকী পুঙলোন অমসুং নৈন-কাঙলোন'' কৌবা লাইরিক অহুম শুবা অমসু ২০১০ ইংদা পুথোকচরে।
.. সংঙ্গীত নাটক একাডেমী নিয়ু দেল্লিনা শিনবা প্রোগ্রামনচিংবা কযা অমা ছাত্রা ওইরিঙৈদগী ওঝা ওইরবা ফাওদা India গী State কয়াদা কলচরেল প্রোগাম কযা পিবা যাওজখি।
5. মণিপুরি ফিল্মম এৱাদ ফংখ্রবা ''শাফবী'' ফিল্মমগী ''পাঙোং চন্নবগী'' ঈশৈ ''ঙসি কোরৌ নোংজাদা'' হায়বা জগোয় অদু ঐহাক্লা শাজখি। ফিল্মম মেকর লৈপাক্লা শকখনরবা পদ্মাশ্রীনা লৈতেংলবা তামো শ্যাম শর্ম্মা না পুথোকপিবা গোবিন্দ নৈরুপন ভাগ্যচন্দ্রগী ফিল্মমদসু মহারাসকী এক গোপী এক শ্যাম, জগোয় রাসকী রাসধারি ওইদুনা ফিল্মমদা য়াওজখি।
6. USSR, 1987 Festival of India দসু Rasdhari ওইনা শরুক য়াদুনা চৎচরুই।
7. 2003 দা Manipur State Kala Akademi গী Award ফংজখি।
8. 2003 চহী অসিমক্তদা ''মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা'' গোল্ড মেডল পীবিখি। (পদ্মাশ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌরানীশাবীনা কৎচবা)
9. 2006-09 ফাওবা Member, Standing Committee for Dance of Manipur, Manipur State Kala Akademi গী Member ওইজখি।
10. থেংনজহৌবা তমজহৌবা ওঝা গুরুশিং

**জগোয় :**

১। পদ্মাশ্রী মাইস্নাম গুরু অমুবী সিংহ, (ঐগী য়াম্না নকনবা ঈধৌনি)

২। হাওবম গুরুদেবঁ অতোম্বা সিংহ (একাডেমী এৱাডি নিয়ু দেল্লি)

৩। পদ্মশ্রী তখেনচংবম গুরুঁ অমুদোন শর্মা (একাডেমী এৱাঁডি নিয়ু দেল্লি)
৪। রাজকুমার গুরুঁ অকেস্না সিংহ (J.N.M.D.A. and Rasdhari শ্রীশ্রী বিজয়গোবিন্দ)
৫। অরাম্বম গুরুঁ য়াম্বী সিংহ, J.N.M.D.A.
৬। লৌরেম্বম গুরুঁ অমুয়াইমা সিংহ, J.N.M.D.A.
৭। শোরোকখাইবম গুরুঁ পাকা সিংহ (ভিজিটিংগুরু রাস J.N.M.D.A.)
৮। খাইদেম গুরুঁ লোকেশ্বর সিংহ (একাডেমী এৱাঁডি নিয়ু দেল্লি)
৯। লাইময়ুম গুরু থম্বালঙৌবী দেবী (একাডেমী এৱাঁডি নিয়ু দেল্লি)
১০। হাওবম ওংবী গুরু ঙাঙবী দেবী (একাডেমী এৱাঁডি নিয়ু দেল্লি)
১১। থিয়াম গুরুঁ তরুনকুমার সিংহ (একাডেমী এৱাঁডি নিয়ু দেল্লি)
১২। গুরুময়ুম গুরুঁ ইবোপিশক শর্মা (একাডেমী এৱাঁডি নিয়ু দেল্লি)
১৩। কোগ্রাইলাপমঁ লালা শর্মা (রাস ধারি শ্রীশ্রী বিজয়গোবিন্দ)

**পুঙ :**

১৪। ৱাহেংবমঁ ছাত্রাজিৎ সিংহ (ৱাহেংবম লৈকাই)
১৫। রাজ, কুমার, গুরুঁ স্নখ্বা পঞ্জাবিস্না সিংহ (Manipur Dance College) J.N.M.D.A.
১৬। লৌরেম্বম গুরুঁ অমুয়াইমা সিংহ, J.N.M.D.A.
১৭। কোনসম গুরুঁ লৈপাকমচা সিংহ, J.N.M.D.A., Head of Deptt.
১৮। কাংঙবমঁ ইবোমচা সিংহ (ধুলোক) কাংঙবম লৈকাই।

**ঈশৈ :**

১৯। মুতুম মঁধুমঙ্গোল সিংহ (হিন্দুষ্টানি সঙ্গীত অমসুংতবলা) মাইস্নাম নোংথোম্বা লৈরক (মৈনোলৈরক)
২০। অঞ্জাঁ আভিরাম শাবা (ইবোমচা) শর্মা পদ্মশ্রী J.N.M.D.A.
২১। খাঙেম্বম গুরুঁ গুলাপী সিংহ, J.N.M.D.A., Head of Deptt
২২। নিংথেমচা ওংবী গুরু নয়নী শীজা J.N.M.D.A. (সূত্রধারি রাস)
২৩। মোইরাংথেম গুরুঁ কুল্লা সিংহ J.N.M.D.A. (শুর জ্ঞ্যন)

**চোলোম :**

২৪। থাংজম গুরুঁ চাওবা সিংহ (একাডেমী এৱাঁডি নিয়ু দেল্লি), J.N.M.D.A.
২৫। এলাংবম গুরুঁ অঙাংহল সিংহ, J.N.M.D.A.

য়েংশিনবিগদবা :- (থাংজম ওঝা, লৈরিঙৈ মতমতদা, ওঝাগী সেবক ওঝা অঙাংহলনা "কোকিল পিয়োতান" হায়রিবা তান অসিগী চলোম, ঐথোয়না ডিপ্লোমা তম্নকপা ঐথোয়বু তম্বীনবা নৌনা শেমখিবনি। হান্নদি ঈশৈ অক লৈরম্মী। এলাংবম ওঝানা শেম্নকপা চোলোম শাথেক-শাওংকয়াবু থাংজম ওঝানা কুপ্না অমুক য়েংশিনবিদুনা ফজরবা চোলোম অমা ওইখি)

মাইস্নাম কামিণীকুমার সিংহ

**লাইহরাওবা**

২৬। ইমাঁ রজনী দেবী (মাইবী) J.N.M.D.A. (ভিজিটিংগুরু, একাডেমী এৱাঁডি নিয়ু দেল্লি)
২৭। হিদংময়ুম গুরুঁ থম্বাল শর্মা J.N.M.D.A.

**ট্রাইভেল কবুই**

২৮। গুরু অবুংবম কবুই J.N.M.D.A.

**রাস থিওরি, অমসুংরস**

২৯। মোইরাংথেমঁ চন্দ্রসিং (পণ্ডিত অচৌবা) J.N.M.D.A.
৩০। ওঝাঁ চিত্রসেন সিংহ (রস) J.N.M.D.A.
৩১। ফুরাইলাৎপম অঞ্জাঁ দেবকিশ্বর শর্মা (মাইস্নাম নোংথোম্বা লৈকাই) মৈনোলৈরক
৩২। মীতৈ পুয়া : য়ুম্নবা তম্ফাজাও মীতৈ (কৈশামপাৎ থিয়াম লৈকাই)
৩৩। মীতৈ পুয়া : অয়েকপম তোম্বা মীতৈ (তেরাকৈথেন)

হায়রিবা গুরুশিংঅসিদা তম্বা য়াম্না তমজহৌই, পুয়াগী ৱারী ৱাখোঙ কয়াসু নৈনজে।